# রঘুবংশ মহাকাব্যম্

## মণিপুরী অনুবাদ

(১বা সর্গ— ৬ শুবা ফাওবা)

ছন্দোকচবা

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ

গোল্ড ম্যাডালিষ্ট

মমল— ২.৫০

কোংবা :— অনুবাদক

লাইরিক[illegible] :— ও, কে, চৌর।




মনিপুরী কোপী—১১০০

প্রথম সংস্করণ—১৯৬৮ জুলাই



নম্ফম :— ধনেশ্বরী প্রেস
শগোলবন্দ মৈনো লৈরক
ইম্ফাল (মনিপুর)



স্বত্ব পুম্নমক অনুবাদকগীনি।

অনুবাদক—

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারীদেবশর্ম্মা
কাব্যব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ, গোল্ডম্যাডালিস্ট
ব্রহ্মাপুর নহাবম, ইম্ফাল—মনিপুর।

# ৱাহৌদোক

ঐনা ইরৈবাক্কী সুধীবৃন্দগী মকমদা নোকুপ্লা হায়জরি—কবিকুল শিরোমণি ওইরবা মহাকবি কালিদাসনা ইরম্ব রঘুবংশ মহাকাব্যবু ঐনা পামজমনবদগী ইমা লোন্দা রূপান্তর তৌখোকচে। রঘুশাগৈদা পোকখিবা নিংথৌশিংগী চরিত্রবু কজবা শৈরেংনা মহাকবিনা সর্গ তরামাপন্দা ইবিরম্বা মহাকাব্যনি। মসিদা কবিনা দিলীপ, রঘু, অজ, দশরথ, রাম, কুশ, অতিথি, নিষধ, নল, নভশব্দ, পুণ্ডরীক, ক্ষেমধন্ব, দেবানীক, অহীনগু, পারিযাত্র, শিল, উন্নাভ, বজ্রনাভ, শঙ্খন, ব্যুষিতাশ্ব, বিশ্বসহ, হিরণ্যনাভ, কৌশল্য ব্রহ্মিষ্ঠ, পুত্র, পুষ্য, ধ্রুবসন্ধি, সুদর্শন, অগ্নিবর্ণ—নিংথৌ কুম্নাপল অসিগী চরিত্রবর্ণন তৌরি। পাক চাউরবা সূর্য্যবংশবু "রঘু" মাগী মমিং লৌদুনা রঘুবংশ হায়না পুন্নমক্লা খঙনরি রঘুবংশ কৌবা অসি মহাকাব্যগী লক্ষণ পুন্নমক্লা তিনবনি। মসিগী করবা নীংখিজবসি ইমা লোন্দা মমি থরদং তাহন্নবা ওমগত্রা হায়দুনা হোৎনজখিবসিদা খঙদবা হৈতবগী হৌনশা অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরমগনি। মতু পুন্নমকী কমা অতু পুকচেল চাউরবা সুধীবৃন্দগী মকমদগী প্রার্থনা তৌজরি। লাইরিক অসি ফোংদোক্লবগীদমক মণিপুর সরকার (এডুকেসন অথোরিটি) না ইতেং থর পীনখিখি। অসিগীদমক ঐনা অথোরিটিদা তৌবিমল খঙবা উৎচরী। অলমতিঃ বিস্তরেণ।

প্রার্থী—

তাং ২৩। ৭।৬৮ ইং। শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী দেবশর্ম্মা

# রঘুবংশ মহাকাব্যম্

## মণিপুরী অনুবাদ



## প্রথমঃ সর্গঃ

শব্দগা অর্থগানীগুম        তক্তনা মরী লৈনবা
পল্লেম পন্থৌদি ওইরিবা        তাইবং মালং পানবসিগী
শিবপার্বতী অনীবু        খুরুমজরি ঐনা হন্না
শব্দ অর্থ অনীমকপু        মরাঙ্ কায়না শঙ্ জনবা ॥১॥

কদায়নো সূর্য্যবংশনা        কদায় থেল্লবা বুদ্ধিনা।
লানঙমদ্রবা সমুদ্রবু        লাঞ্জনিংলুয়ে উঙাম্বা ॥২॥

পঙবগীদি মপঙজবা        কবি মিংচত্তি পামজবা—
ঐনা মীনোক ফংজগনি,        অরাংবনা ফঙ্গদবা
উহৈ'দুবু পামজবনা        মপাম্বোম্বু থাঙ্গৎতুনা
লাম্লিবা 'নেম্বা নিপানা        মীগী মীনোক ফংবগুন্না ॥৩॥

হৌখিবা কবি কয়ানা        শব্দস্বরাহৈ খিবিক্লা
থোঙজাও ওইদুনা কাৎলিবা        সূর্য্যবংশ অসিদদি
চঙবা ঙমজনি ঐহাকসু        হীরানদি হূৎলবা
মণিদা থোৎলবা লংজানা        চঙশিনখিবনী মতোৌগুম ॥৪॥

পোক্লকভৈদগী শেংলকপা নোমজমল কংবা নোমজবা
সমুদ্রকাওগী মবুঙেক্তা স্বর্গ কাওবা দোলাই থৌবা ॥৫॥
বিধি কায়দনা হোম তৌবা অপাম অপাম্ব পীবনা
নিজবশিংবু পেলহনবা মরানগী মতিক চানবা
চৈরাক রায়েলবু পীরিবা মতম চানদি শিংহৌবা ॥৬॥

পীথোক্লে হায়না লনতানবা চাংকক্লা ওাওবা চুম্নবা।
মিংচৎ য়েংদুনা ওন্নিংবা সন্তান কংনবা য়ুম্বানবা ॥৭॥

পীক্লিঙৈ মহৈ তমহৌবা, শরেপ তাল্লবা মতমদা
ইন্দ্রিয়' মচাক থিরিবা, অহল ওইরকপা মতমদা
মুনিগী লমচৎ চৎলিবা, পুন্সিগীদি মথৈদা
যোগধর্ম্মবু চৎতুনা হকচাংবু থাদোক্লিরিবা ॥৮॥

রঘুশাগৈদা পোক্লিবা মীপকশিং'দুগী মরমদা
ঐনা থরদং থাজগে, মথোয়গী মগুণ থিবিক্লা
নাকোংদা চীক্লা হায়ররে, রাহৈ নাতৈ থওজদবা
ঐওোন্দা তোয়না থিল্লরে পূক্নীং র'থল হোংলক্লে ॥৯॥

অচুম অরানবু তাকপিবা ওম্বশিংনা তাবিগনি।
সনাগী অশেং-শেংদদি মৈচওলগা হেক মখওই ॥১০॥

বেদশিংগী ওঁকারগুম্ পণ্ডিতনা ঙৈকায়থুম্নবা।
বৈবস্বত মনু হায়বা (i) অহানবা নিংথৌ'মা পাল্লম্মী ॥১১॥

মাগী শেংলবা বংশদা অমুকস্থ হেন্না শেংলবা
দিলীপ কৌবা থাগুম্বা(ii) নিংথৌ অমথক পোক্লম্মী
ক্ষীর সমুদ্র মমুওদা পোকখিবগুম্না থাজনা ॥১২॥

মথীক মথাদি কল্লবা    মাগী মরেংজুম অনীনা
যণ লাবগী মরেংগুম্বা,    শাল পাম্বীগুম্বা রাংলবা,
পাম্বোম অনীনা মহাক্কী    মপাঙ্গলবুদি পুরিবা,
মথোদাংগুম্বা হকচাংবু    পুবা ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগুম্ ॥১৩॥

পুমহেল হেম্না কল্লবা    নমহৎপা গুম্বা ময়াম্বু।
থোইদোক হেন্দোকপা মশানা    মালেম উপথি সনজীঙ্গুম ॥১৪॥

মশক্কা চাবা বুক্কিনি    বুক্কিগা চাবা মহৈনি।
মহৈগা চাবা মথোনি    মথোগা চাবা মহৈনি ॥১৫॥

মগুণমক্তুনা মহাক্তো    অয়াম্বা প্রজা লৈবাক্তা
চঙজসি কদায় কিনকম্    কিরসি কদায় চঙজকম্
ওইথিদো মতম অদুদা,    মনুঙদা লৈব জীবনা
অমদি হী য়াই কয়ানা    থাগে হায়রে থাঙমদবা
চঙ্গে হায়রে চঙগুমদবা    সমুদ্রগী মতোগুম্বা ॥১৬॥

মনুহাক্তক্তে চৎলকপা    লৈবাক্ রায়েল পথাপ্তুগী
শম্না মফৈ অম য়োনা    হেন্দোক্তে মাগী প্রজানা
সারথি মতীক চাবনা    থোরকপা দোলাই কাথোঙ্গী
লীক্লা অহানবা লীক্লম্বু    হেন্দোক্তুনা ইল্লকপগুম্ ॥১৭॥

প্রজাগী চাওথৎননবা    মানা লোইপোৎপু লোরম্মি।
শরূক লীশিং হেম্না পীগে    চিথৎলি লাইজ সুমিৎনা ॥১৮॥

মহাকী সেনা অত্নদি    নিংথৌগী সম্পৎতা মতাথি।
শাস্ত্রদা থৌব বুদ্ধিগা    লীরুংচল্লবা লীরিগা
অনীসিদনা মহক্কী    থৌরম পুন্নমক পাঙথোকখি ॥১৯॥

খঙবা ঙমখিদে কনানা    মাগী রাখল ইঙ্গিতপু।
থৌরাং পুন্নমক মহাক্কী    মহৈ উরগা খঙবনি ॥২০॥

মশা ঙাক্লম্মী কিদনা,    অরা অনং নংব লৈতা
চৎলম্মী মানা ধর্ম্মবু,    লস্তুম লৌরম্মী পাংদনা,
নুঙঙাই য়াইফ কয়া কয়া    ফংলম্মী মপুক য়াওদনা ॥২১॥

খঙলস্থ খঙনা ঙাংলমদে    ঙমলস্থ ঙম্না ঙাক্লম্মী
পীথোক্লবস্থ পীথোক্লা    মশাবু থাগৎচরমদে।
গুণ থিবিকসে মহাক্কী    য়েক্লবা গুণশা পুল্লপ্না
লৈমিন্নথিবা মরম্না    পোকমিন্নবগী মতানি ॥২২॥

ইন্দ্রিয় মথা পোল্লমদে    হৈখি মহৈস্থ লম য়ৌনা।
ধর্ম্মদা পুরক্লীং লুপ্লম্মী    অহল ওইখি নহা ওইনা ॥২৩॥

লৈপাক প্রজাগী লমচৎপু    শেম্বিবদগী অমস্তুং
য়োকপি-কনবিখিবদগী    মহাক্কি মপা মখোয়গী,
মখোয় মখোয়গী অশেংবা    মপাদি পোকপিবদনি ॥২৪॥

লৈপাক পানবা য়াননবা    মরানগী চৈরাক পীরিবা
পাম্নাও শিংনাও তাননবা    ময়ুম মকৈ পাল্লিবা
খঙবা হৈবা মঙোন্দদি    অর্থকাম অনীমকস্থ
ধর্ম্মগী মপান্দা থোকখিদে    মাগী মনুঙদা মরৈখি ॥২৫॥

অকী অথংবু কোকপিংবা নিংথৌ মহাক্কী মিংচৎপু
অতোপ্প নিংথৌ থিবিক্লা তান্নজবদা কণ্ডঙমদে ।
মানা পাঙ্লিউঙে মতমদা 'হুরানবা' হায়বা ম্নাহৈসি
ম্নাহে ওইদুনা মরৈথি মীগী মীপোক্তা চঙলমদে ॥২৬॥

যজ্ঞগী দমক মহাক্না শুমথরম্মি পৃথিবীবু
শুমথি স্বর্গবু ইন্দ্রনা মহৈমরোং চুম্রনবা ।
মরোল অনীবু অনীনা অমগী মতেং অমনা
মহৈ মহৈ লৌনদুনা য়োক্লরম্মি চঙখোম্না ॥২৭॥

অক মীশক্তি য়েক্লবা ওইরবস্থু মহাক্নদি
তৌজথি লুনা চান্নদুম অনাব মীগী হীদাককুম্ ।
ফত্তব মীদি মহাক্না চান্নবমক ওইরবস্থু
লীম্ন চীকথ্রবা খুৎচাগুম ঈরায় লায়নমক থাদোকথি ॥২৮॥

মসি বিধিনা শেম্বনি মহাভূতগী মচাক্না ।
মঙোন্দা লৈবা গুণশিংদো কায়নবনি তোপ্পগী ॥২৯॥

মশক ওইনা থাঙ্গপাৎকি পূমকোয় কোয়বী সমুদ্রনা
লৌনম্বান্না সমুদ্রগী চোকপন ওইদুনা থারিবী,
মহাক নত্তবা অমনা ঙাকথিদবী পৃথিবীবু
ঙাক্লম্মি মানা ফজনা কোনুং অমবু ঙাকপগুম্ ॥৩০॥

পোকপী মগধবংশদা খণ্ডজবী মীতেক মীরোবু
মরম অসিনা মহাকপু "সুদক্ষিণা" হায়না কৌবী
তাঙোয়'মা লৈরম্মি মাগী দক্ষিণাগুম্বী যজ্ঞগী ॥৩১॥

তালোয় অতে লৈদুনম্থু মপুগী পুক্লীং খঙজবী
মশক মতৌদা হেক্লবী স্তুদক্ষিণা কৌবী'ডুনা
ময়ুম পাল্লে খঙ্গরম্মি পৃথিবী মপু দিলীপনা ॥৩২॥

মশাগী মতীক চান্নবী মঙোন্দা দিলীপ নিংথৌনা
মপারিদি অমত্তংবু কংজনিংলদুনা তপ্পা
থুঙ্গদবা আশা'ড্ডুদং লৌড়ুনা মতম লেপ্লম্মি ॥৩৩॥

মপারিবু কংজনবা ঈরাৎ পূজা তৌরুনবা।
লৈপাক ল্লায়েলগী থৌদাংবু শিন্নরম্মি মন্ত্রীশিংদা ॥৩৪॥

লৈমনিংথৌ অনী'ডুনা মশামন্নু শেংদোক্লগা
ঈরাৎলন্নগা ব্রহ্মাবু মপা'রিবু কংনিংডুনা
বশিষ্ঠ কৌব মুনিগী আশ্রম পাংনা চৎখরে ॥৩৫॥
মথোন্না পূক্লীং হুন্নবা দোলায় মথক্তা তোংলম্মি।
নোংজু থাগী নোংথক্তুদা নোথাঙ্ ঐরাবত অনীগুম্ ॥৩৬॥

ঙৎলুদনবা আশ্রমদা পৃথি মনাই অরাকতম্বা।
অডুবু মাগী মতীক্লা ঙাকখিবগুমখি তেজোম্না ॥৩৭॥

শাল কৌব উপাল'ডুগী শিন্থুরকপ মথোম'ডুগী
মুংশিব মনম পুরিবা হাকথেংনবদা মুঙঙাইবা,
লৈরাং লৈরিক চেল্লিবা মুংশিংনা থৌগল্লরম্মি ॥৩৮॥

দোলায়গী মথোল তাবদা মরায় কাঙলবা ব্রাহ্মেণী
তন্ত্রী মখোলগা মান্নবা মখল অনীদি শুরবা
পূক্লীং হুন্নবা মথোলবু তাথি অনীবা খোয়দানা ॥৩৯॥

লম্বী নাকল্লদা নাথৈবা দোলায়দা মমীৎ থল্লিবা।
শজি লাব অমোমশিংদা য়েখি মীৎকি মীংমান্নবা ।৪০।।

ন্নাইসু কৌবউচেকশিংনা পাইখিরম্মী পরেং পরেং।
হোজঙ্দা ম্নানব লৈরাংগী পরেং মানবনি উবদা।
মখোল সুংশিবা তান্নগা হায়গৎখি থক্তা মায়খোংবু ৪১।।

নীংব থুঙ্গনি তাক্লিবা সুংশিংনা মায়োক লম্বীদা
মাঙ ওইননা হুমখিবনা শগোল খোঙ্গন্দৈ হোরকপা
ঈফুলগী মন্নীক মন্নীক্লা শমদা কোয়েত্তঃ পকখিদে ৪২।।

মংখায়'ন্নীনা হোন্দোক্লকপা ম্বরগী মতৌংগুম্নবা
ঈথেঙনবনা ঈঙ্লবা পুখ্রীদা শাৎপা থম্বালগী
সুংশিব মনম অত্তুবু মমখিবা মখোয় অনীনি ৪৩।।

মশামক্লা কথোকখিবা যুপযুংলিবা খুঙ্গংদা
শাস্ত্রগী পথাপ কায়দনা যজ্ঞ তৌরিবা কাঙলুপকী
শোইয়ন্নোইদবা আশিষবু অর্ঘ্যগী তুংদা লৌরম্মী ।৪৪।

মাখনগী ঘীবু পায়তুনা লাক্লিবা থালা শাগৈগী
অহল লম্মনগী মকমদা বনগী লম্বীদা হৌন্নিবা
উপাল হৈপালগী মমী বু হংলম্মী মখোয় অনীনা ৪৫ ।।

অশংবা ফিজোল শেৎলিবা আশ্রম পাংলিবা অনীগী
ছায়তুনা তমতুনা থোক্তবা নীংখিবা অমা ওইরম্মী।
লৈচীল পকত্রবা থাজগা চিত্রা নক্ষত্রগগীগুম ।।৪৬।।

মাগী মশক উবদা
অখণ্ড অহৈগা পারিবা।
মাগী তালোয়গী মকমদা
তাক্লা তাক্লা লাকপদুদা
মীগী মপুক পেন্নবা
নিংথৌ অদুনা মহাক্কী
অঙক অঙকপা পোৎশকপু
লৈহৌবা ( তুংওইবা ) লম্বী
খঙহৌদে ॥৪৭।

অমনা ফঙ্গে তানবদা
মহাক্কী য়াঙ্গোই শগোলনা
তালোয়গী মরূপ ওইরিবা
সুমিদাংরাইগী মতমদা
বশিষ্ঠ কৌবা মুনিগী
কংদ্রবমীংচৎ পুরিবা (কোল্লিবা)
লমশাং চেনবনা চোক্লবা
দিলীপ কৌবা নিংথৌনা
ইন্দ্রিয় খুল্লুম চল্লিবা
আশ্রম অদুদা থুঙখরে।৪৮।

অতোপ্প উমংশিংদগী
হোমগীদমক্ত পুদুনা
তপস্বী মুনি থিবিক্লা
শীংবু কুশবু উহৈবু
আশ্রম তাম্না হল্লকপা
থল্লবা আশ্রমনি মুনিগী ॥৪৯॥

রাইনু চরাগী শরূকপু
উনা খাংপোক্কী থোঙজিনবু
ঋষিগী পত্নীশিংদুগী
মাজিনা মায়কৈ পুন্নমক
ফংবদা মতীক চারবা
থংলদুনা কুল্লিবা
মচাগা পাঙথক ওইরিবা
থল্লবা আশ্রমনি মুনিগী।৫০।

চৈখোং লৈখোং থিবিক্তুদা
লোইরগা ঋষিকন্যানা
থৌরিবা কোমগী ঈশিংবু
থাজননবা হায়দুনা
ছন্দোক্লম্ব উপালশিংনা
লাইজ ঈশিং হৈববু
হৈপাল লৈপাল মথোঙদা
থক্লিবা উচেক থিবিক্লা
থুদক থুদক অদুমক্তা
থল্লবা মুনি' আশ্রমনি ॥৫১॥

সুমিৎনা চায়রক্লবদা রাইমুচরাগী মপৈবু
তাশিন খোমজিন্না পৈনকম খাংলোকশংগী মাঙোন্দুদা
শজিশিংনা কুপ্লদুনা শগুপ শাম্নরিবা আশ্রমনি ॥৫২॥

নীংথিব মৈরি পুদুনা মৈনা চাক্লি হায়বসি
ঈরায় লায়নমক তাক্লিবা, মালংবনা হুম্লক্লবা
আহুতি মনম পুরিবা মৈথু মানা লাংজরবা
আশ্রম পাংলকপ মীশিংবু শেংদোকপিরিব আশ্রমনি ॥৫৩॥

মতুগী মতুঙদা দিলীপনা দোলায়চিংব শগোলশিংবু
পোথাহল্লুরো হায়দুনা সারথিবু য়েংলদুনা
তাকপিরমলগা তালোয়বু কুমথহল্লগা লেঙথখি ॥৫৪॥

লমচৎ ব্যবহার থঙলবা ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লিবা
মুনিশিংনা ঈরাৎলক্ষী, লৈপাক প্রজাবু তাক্লিবা
নীতিনা মমীৎ ওইরিবা মহারাণীগা লোয়নবা
থাগৎচনিঙাই ওইরিবা দিলীপ মহারাজবু ॥৫৫॥

মতুঙ অতুদা মহাক্লা সুমিদাংরাইগী মতমদা
লাইনিং লাইশোল লোইরবদা অরুন্ধতী কৌবীদুনা
তুংদা কমতুনা থোগনবা স্বাহা কৌরবী পত্নীনা
থোগক্লরিব মৈগুম্বা— বশিষ্ঠদর্শন কংজখি ॥৫৬॥

দিলীপ মহারাজগা সুদক্ষিণা তালোয়গা
মখোয় অনীনা বশিষ্ঠ অরুন্ধতী অনীমক্কী

মথোণ্ড্ শোক্তুনা থুরুমখি,
মথোয় অনীদা হন্নাওনা
মুনি অমস্থং পত্নীনা
য়াইক রাহৈনা পূকথেমখি ।।৫৭।।

অতিথি সেবা ৰংবদা
অরাব থিবীক কোক্লবা
নিংথৌ'দুদা বশিষ্ঠনা
দোলায়না লমশাণ্ড্ লাকপগী
রাজ্যাশ্রমগী মুনি ওইবা
অফ মপাওবু হংবিখি । ৫৮।।

য়েক্লব কোম্বুং খুৎচনবা
অথোয়বং মানা অথর্ব—
বশিষ্ঠ মুনিগী মফমদা
রাণ্ডাং হৈবশিংদগী
বেদগী পূকৈ ওইখিবা
খুমজখি পাউখুম অচাবা ।।৫৯।।

হে গুরু! ননাই ঐহাক্কী
অশোয় অণ্ডাম লৈতবদি
লাইদৈ অমস্তুং মীদগী
থিবীকপূ ননাই ঐহাক্কী
রাজ্যগী অঙ্গ তরেৎতা
ওইফম থোকপনি শোয়দনা।
ফঙ্গদবা অরা অনা
ণ্ডাকথোকপিবনি নহাক্না ।।৬০।।

মিৎকী রাংমগী য়েক্লবা
মন্ত্রশিংহুনা ননাইগী
ককচবদগী হেন্দবা
ণ্ডাকথোকপণ্ডম্ব নহাক্কী
ইমিংনা উবা পোক্তবু
তেনগী থোদাং থামখিয়াল্লে ।।৬১।।

গুরু! নণ্ডনা মৈন্নুঙ্দা
কৎথিবা ঘীনচিংবদো
জৌশিং থিবিক্কী মফমদা
শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা
কুমকাংবনা ক'শিল্লকপা
নোঙ্গী ঈশিং ওল্লকপনি । ৬২।

নঙ্গী ব্রহ্মাতেজনা
থোয়রেন পুক্তি চুপচবা
অকি অথং নংদবা

ব্রহ্মাগী মচা ওইরিবা
ফনবা খনবিরিবৈদা
সম্পূং খিবিরা ঐহাক্কী

অতুমকপু গুরুদেব !
ইতীক চারব ইচাবু
পৃথিবী হীয়ই চেনবীনা

ইপা ইপু পূন্নমক্না
অমুক ফংলরোই খন্দূনা
ঙসি হয়েঙ্গী থাক্কুনা

ঐগী ইতুংদ অমুক্তি
হোন্দোকপ স্বরমপীনা
পিতৃপিতামহশিংনা

তৌজব যাগ যজ্ঞনা
ধারা লৈতব মরম্না
ননাই ঐদি অমরোমদা
লোকা লোক হায়ব চীংজাওনা

ঐগী প্রজা খিবিরা
কুমগাং অরা ফংদবা
পূন্নমকসি থোকপনি ।।৬৩।।

নহাক্না ঐগীদমক্তা
অথীবা খুদোং নঙগ্রিবা
মরায় চায়গনি করিগী ? ।।৬৪।।

নমৌ সুপীগী গর্ভদা
ফংজদরিব ঐহাকপু
পেলহনবিবদি তৌদরি ।।৬৫।।

ঐগী ইতুংদা পিণ্ডদি
শ্রাদ্ধদা পিবপিণ্ডবু
চাব ঙমজদ্রি নীংতম্না ।।৬৬।।

ফংলরোই হায়ন খন্দুনা
শাবুংলব তর্পণ ঈশিংবু
থক্লিমাগ্নে থল্লি ঐনা ।।৬৭।।

পুক্নীং থম্মোইদি শেংলবা
অমম্ব ওইদুন লৈরিবা
ঙাল্লি, মল্লি অমরোমদা
ওইবগীদি মতৌগুম্ ।।৬৮।।

তপস্যাদগী দানদগী
ফনবনি লাইরমলেনগী,
মীরম্নেন লাইরম্নেন 'নীগী

মুংশিবিদুনা মখোয়বু
আশ্রমগী মহে য়াম্রিবা
ঐগী ইশকপু উরগা

ভগবন্! ননাই ঐহাক্না
ঈরুজদবা শামুগী
পুন্নয়ুম্বীনা পীবগুম

লম্মল'ম্বু কোকপিনবা
ঈক্ষ্বাকু শাগেনা 'তাও্বা

অসি হায়না দিলীপনা
মমীৎ অনী উইশিন্দুনা
লেম্লে ওানদি মোংদ্রবা

ধ্যাননা পুক্লীংগী অমোৎপা
দিলীপনা মচা ফংবদা
মতু ঋষিনা মওোন্দা

মমাওৈওদা ইন্দ্রগী
মর্ত্যা কৃম্নকপ লম্বীদা
কল্পতরুগী মরুমদা

তানসিঞ্জরুবা পুণ্যদি
অশেংব বংশগী থারাদি
ফননবগী মরম্নি ।।৬৯।।

ঈশিং চাইত্থনা য়োকখিবা
অপীকপ উপালগুম্নবা
য়াবিদবরা নোংদম্বা ? ।।৭০।।

তোঞ্জব মৈ' লম্মন্না,
অয়াববু মিহুনফম্গী
পীরি অরা থাওমদবা ।।৭১।।

শীনবিয়ু গুরুহৈবনা।
পোংশক ফংবদি নপাম্নি ।।৭২।।

হঙ্গৎচখরে ঋষিদা।
লৈখরে ঙৈহাক তুমিন্না।
পাৎ অমগী মতোৌগুম্না ।।৭৩।।

কোক্লব মুনি মহাক্না
অপনব মরম উখরে।
তাকপিখি তরং তরংনা ।।৭৪।।

সেবা লোইরগা নহাক্না
কামধেনু কোবী ষণবীদো
চওদুনা লৈথিরম্বনি ।।৭৫।।

ঋতুস্নানদি লোইথ্রবী
নীংশিঙ্খী মতম অদুদা
য়েৎওইননা কোয়জদুনা
মঙোন্দা নিংথৌ নহাক্না
সুদক্ষিণা কোবী রানীবু
ধর্ম্ম কায়গনি কিবনা।
খুরুমজকমদি থোক্লম্বী
হৌন লমচৎ চৎখিরমদে ॥৭৬॥

উশিল্লে নঙনা ঐহাকপু
ঐগী ইচান্নুপীসিদা
'নচা কংলম্নু' নীচৈখি
অদুনা নিংথৌ নহাক্না
ইরাৎ পূজা তৌত্রিমখৈ
কামধেনু কোবী যণবীনা ।৭৭॥

মীচৈ অদু নহাক্না
সারথিনস্থু তারমদে
থৌরী তৎপা শামুনা
মন্দাকিনী' ঈচেম্না
তাবমস্থু তাখিদে
মতম'দুদা করিনা
শাম্মরিবা মুঙঙাইনা—
খোংন লাউন চেনবনা ॥৭৮॥

মাবু থোওইদবনা
ঈকাই খুম্নকম থোকপুদা
অফল্লম্বী থিংবন্নি
ননীং থুংদবনিকো
ঈকাই খুম্নদবসে
হায়বসি খডু নহাক্না ॥৭৯॥

সুরভি অদু হৌজিক্তি
বরুণগী যজ্ঞ অদুগী
থোঙদা লিল্লা কুল্লা লৈবা
শাংথনা যজ্ঞ তৌরিবা
হোমগী মপোৎ থাডননবা
পাতালদা লৈরি হৌজিক্তি ।৮০।

সুরভি' মচান্নুপীবু
শেংনা পত্নীগা লোয়ননা
মানা পেনবিরে হায়রগা
মহাক্কী মহুৎশিন্দুনা
সেবা তৌজরো মরমদি
নীংজবা থিবিক থুঙনি ॥৮১॥

হোমনা মথৌদাং ওইরিবা
হোমগী মচাক পীনবী
বনগী লমদম অদুদগী
মুনিনা হায়রিষ্টে'দুদা
অথোয়বী যণবী নন্দিনী
ময়ূম পাংনা হল্লকল্মি ।৮২।।

অনৌবা উনাগী মতৌগুম
মশাগী কুচু অঙাংবী
লাইবক ময়াম্মদা চপচাবা
অঙৌবা তুগী তুরৈনা
অনৌবা থানা থোক্লবী
মরেক মহাও কারিবী
য়েংবদ য়ৌনা নীংথিবী
থোইতক্লনদি লৈরিবা
তিনবী নন্দিনী যণবীনি
সন্ধ্যাগী মতৌ মানবনি ।৮৩।

'অবভুথ' মক্তগীবু
যম্নাও উবদা তারকপা—
থোম্মীনা চফু মাঙবী
থোইন হেন্নদি শেংলবা
মথোম্না লৈমায় চোৎহনবী,
নন্দিনী কৌবী যণবীনি ।৮৪

লৈনেৎপদা মথু'জিন্না
দিলীপ কোব নিংথৌগী
তীর্থস্নানদগী হেন্নবু
হৌরকপ উফূল মরীক্লা
মশাদ হেক্ত শোকপদা
শেংহল্লিবী নন্দিনীনি ।৮৫।।

মপানগী থোদোক উরগা
মুম্না থঙলব ঋষিনা
থুংদনদি তোক্লোইদবা
য়াগদবা নিংথৌ'দুদা
মতুঙ্গী অক কত্তবু
নীঙুব থুংজগে তানবদা
ঈরাৎ পূজা তৌহনবদা
তাকথি মথাগী রাহৈ'সি ।৮৬।

রাজন্ ! তাবিসি নশাগী
মঙ্গলগী শক্তম ওইরিবী
মমিংদা পন্নরকপদা
ননীং থুংবদি থীল্লরোই
নন্দিনী কৌবী যণবীনা
য়ৌরক্লেনেসে ইনাক্তা ।।৮৭।।

খনগী উঁহে র:হৈনা
যণবী'সিগী মতুঙবু
নৈনবনা বিস্থাবু
নচীঞ্জাক্তি ওইত্রুনা
কোয়িন কোয়িন ইন্দুনা
. পেলহনবগুম পেলহক্লো ।।৮৮।।

মসিনা চংলে মচংলু
মসিনা কূপ্লে মকপ্মু
সুদক্ষিণানা চ্যেকশিন্না
'সিবু অয়ুক্কী মতমদা
থিল্লু রগা নুমিদাংব্রাই
মসিকা লেপ্লে মলেপ্নু ।
থক্রবদসু মথকউ ।।৮৯।।
লৈ-শূনা পূজা তৌরবী
বনগী লমদাং য়েনবা
হোইগংলক্রুদবনিদো ।।৯০।।

মতৌ অশুম তৌদুনা
সেবা কল্লা তৌগনি
অক মচা পোক্লিব—
মকোক থোংবা ঙমগনি
মানা পেনবিদ্রিবকাও
লৈতসনু য়েখায়বা ।
মীশকশি'গী মরক্তা
নঙবু পোকপ পল্লোগুম ।।৯১।

মকম অমম্নুং মতম্নু
সুদক্ষিণ:গা লোয়ননা
বশিষ্ঠ হায়বা গুরুগী
খঙলবশিমাদিলীপনা
মপূক্টাং পেল্লা নোল্লুক্রা
ইক্তরম্মী ময়াথংবু ।।৯২।।

মতুং'তুদা অহীংদা
কোব মুনি মহাত্মা—
তাবদসু নুঙঙাইবা
য়াইফ মঙাল তাবা
ব্রহ্মাগী মচা' বশিষ্ঠ—
অচুম্বদ: মওইবা
য়াথং পীখে, চেপবা
নৈপাক মপু দিলীপতা ।।৯৩।।

ব্রত নিয়ম খঙলবা
মুনি মানা ব্রতগী
দিলীপকী নি হায়দুনা
লৈকি পোৎচং পূন্নমক
তপসিদ্ধ ওইরিবা
থৌনবীনি থন্দুনা
বনদা ফংবা পোৎশক্না
তুম্ন-হীপ্পনবগী ।৯৪।

বশিষ্ঠ কুলপতিনা
সুদক্ষিণাগা লোয়নননা
চেপথরে'দুগী মতুঙদা
থীবকপা বেদ ধ্বনিনা
অহীং অতুমা চুন্নমক
তাক্লব পর্ণশালাদা
কুশগী শয্যা মথক্তা
মুনিগী শিষ্য খিবিক্না
মশৈ ওইরক্লে খঙলবা
লেপ্তুখি মতো অসুম্না ।

অহানবা সর্গ লোইরে ।

---

# দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ

অক মীংচৎনা লল ওইবা
সুদক্ষিণাদা হুকহনখি
মপী মখোম পীথক্লবা—
মতুং'দুদা দিলীপনা
লৈপাক্কী মপু দিলীপনা
ষণবীদা গন্ধমাল্যবু।
ষণাউ পুন্দুনা থমহোরে
নন্দিনী বনদা পুখরে ।১।

সতী থিবিক্কী মরক্তা
দিলীপকী ধর্ম্মপত্নীনা
নেৎলুবদগী শেংলবা
বেদগী অর্থবু স্মৃতিনা
হান্নরা শীংথানরিবী —
ষণগী মাগী খুজিন্না
উফুল চেন্নব লম্মীবু
ইন্নবগুম ইন্নখি ।২।

মীগী মীনুংশি থঙ্লবা
দিলীপ মহারাজনা
মখোম্ন সমুদ্রশিংদৈ
ঙাকখি সমুদ্র মরীনা
ষণবীগী মশক লৌরিবী
মীংচৎন পুক্নীং হূরবা
হলহল হৌরগা পত্নীবু।
হেনবী নন্দিনী কৌবীবু
মাগী মখোম ওইরিবী,—
লৈপাক পৃথ্বীবু ঙাকপগুম্ ।৩।

ব্রতগীদমক হায়দুনা
দিলীপ মহাক অতনা
হলহলখিরম্মী মতম'দো
ঙাকচৈ মশানা মশাবু
ষণগী মতুঙদা ইল্লিবা—
মনাই মশল অয়াম্ববু
মনুবংশদা পোকপদি
মীপান তাংবদি তৌরক্তে ।৪।

নিংথৌরেন্দি দিলীপনা
খুদাপ খুদাপ্পু পীদুনা
মহাউ লৈরব শক্তিক্কী
হোৎপিদুনা হাক্কচবা

কাণ্ড তুমিৎপু হুম্বিদুনা
মতো অশুমদি তোদনা
চৎপদা 'পনবপীদনা
যণবীগী সেবা তৌরম্মী ।।৫।।

যণনা লেপ্লে লেপ্তুনা
মানা কূল্লে ক্ষমদুনা
মতো অশুম মমিগুম
মানা চৎলে চত্তুনা
ঈশিং থক্লে থক্কুনা
যণগী মতুঙ ইল্লম্মী ।।৬।।

মতম'দুদা মহাক্লা
অদুমকপু মহাক্কী—
মাবু থম্বি ময়াম্মা
নিংথৌ সম্পাৎ থাদোকখি
তৌবগুম্ব থৌনানা
নিংথৌনিদি হায়দুনা ।।৭।।

থক্লা অখোয়ব উরীনা
লীরি চল্লব লীরূংনা
ভাকপ শেনব শাদুনা
ভাকপী শীকপীগে মতাঙুম
মশম য়েত্তুনা চিঙ্খৎখি,
মুনিগী হোম ধেনুবু
বনগী ফত্তব জীববু
উমং লম্বীদা চৎলম্মী ।।৮।।

মশা শেনব মনাইশিং
বরুণ দেবগা মান্নবা
হৌরিব উগী মখৈনা
খোংলকপ মখোলখিবিক্লা
পুম্নমক হল্হল্ হৌরবা
নিংথৌগী নাকল অনীদা
ময়াইকারব চেক্লাগী
জয়ধ্বনি থৌখিগুম্মী ।।৯।।

অনৌব উরী খিবিক্লা
মনাকমক্তদ লৈরিবা
ঈকায় খুম্নকম থোক্লিবা
মালংব শরুম কংবদা
মৈগী মতৌগুম ঙাল্লিবা
দিলীপ মাবু লৈরাংনা

পুরগী কন্যা খিল্বিক্লা যাক্লা তৌরকপ মতমদা
কবোক অকাব চাইবগুম চাইথখিরম্মী মতমদো ॥১০॥

লীক্লং পায়রবস্থ মাগী অকীব পক্তব থম্মোয়না
চানবিবহৈব মপুনি হায়বতুদি মতাকখি।
মাগী শকক্ষম উরিবী শজি অমোম খিবিক্লা
শাংন পানব মমীৎকি কান্নবু ফংজখি ॥১১॥

মুংশিংনা মনুঙ ফুনখ্রবা মখোল থোক্লব ব্লাশিংনা
বাঁশীগী মথৌ তৌদনা কুঞ্জ কুঞ্জদি খুদিংদা
উমং লাইরেম্মী খিবীক্লা ব্লাংন হৌনদি শক্লকপা
মশাগী ফজ মিংচৎপু তাখি দিলীপ নিংথৌনা ॥১২॥

লোক্লী ঈরীকপ্ চেল্লিবা উগী নোম্মোম্ব মপালগী
মুংশিব মনম পুরিবা তপ্ল ঈংলব মুংশিংনা
মুংশাগী মৈশা লাংলবা ছত্রগা শাগোম্নদ্রবা
ব্রতগী হৌনবী ঙাকপনা শেংলব মাবু থোগলখি ॥১৩॥

নিংথৌ মহাক্লা উমংদা চঙলক্‌প মতম অদুদা
মুৎখি নোংম্ব য়াওদনা চাক্লম্ব লম্মৈ অদুনা।
উহৈ লৈরাং খিবিক্লা থোইদোক হেন্দোক্ল চাওখৎখি
অকনব শানা অশোনব— শাগী মকমদা ওৎখিদে ॥১৪॥

উনা 'নৌবগী মতৌগুম ঙাঙ্‌্রব(মুমিৎ মঙালনা)
বশিষ্ঠ /মিনি/ ধেমুনা মায়গৈ পূম্নমক চত্তুনা

শেংদোকপিরম্লে হায়রগা
ময়ুম লমদম য়োৌননবা
মুমিংনন চায়ন্নব মতমদা
খোঙশানগে হায়না নীঙথম্নে ॥,৫।

পঁ যাগ শ্রাদ্ধদান হায়বা
যণবী অতুবু দিলীপনা
অরুব মীশক ময়াম্না
মহাক্কদি নক্লবদা
মীৎনা সংসংনা উরবা
অহুম্মু মানা থোকহনবী
ঈথা থাদনা ইম্নখি।
ঈকায় খুম্নফম ওইরিবা
নন্দিনী কৌনী যণবীদো
* শ্রদ্ধাগুম্নদি নীংখিখি ॥১৬।

ওকশিংগী কাঙবু কাঙবুনা
মকমতুদগী থোক্লকম
মহুম শারিব উদগী
মখোয়গী মচু অতুনা
শজিরু শংত্রিক শংলিবা—
উমং লমদম য়েংতুনা
ঈশিংন তাক তাক লৈরিবা
রাহোঙ্গী কাঙলুপশিংনমু
মমায় থাঙ্গৎনা লৈনফম
মুশিন মুশিম্না উরবা
মফমদা শজি কুম্লিবা —
দিলীপনা মখোঙ থাংলকই ॥,৭॥

পঁ যাগ=লাইশিংগী মফমদা পোৎকৎপা
শ্রাদ্ধ=পিতৃশিংগীদমক পোৎ কৎপা।
দান=মাগী মপোৎ অদু মাগী ওইররোই মীগী ওইথ্রসনু থন্দুনা
পীথোকপা।

* শ্রাদ্ধ শাস্ত্রনা তাকপ মরমদা চেৎনা থাজবা।

চাগোক অমুক্ত ঙাম্বিবী
অরুপবু পুরকপনা,
হকচাংগী নুংব থারুরা
তপাবনদৈ হল্লরুবা

ষণবী অদুনা খোঙ্গীগী
মহারাজ দিলীপন্না
নীংথিজরবা খোঙথাংনা
লম্বীবু কজহল্লম্মী ॥১৮॥

সুদক্ষিণা কৌবীনা
উমংদগী লাক্লিবা
চরা হেল্লুব মীগী
কৃপ্ন য়েনা কৃপ্তুনা

ষণবী মতুং ইন্থনা
দিলীপ মহারাজবু
মমিৎকুপ্ন মমিৎনা
থোরানবু য়েংজথি ॥১৯॥

মাঙদা হোইরিবী দিলীপনা
ওক্লম্নিবী ষণবীদো
অহীং সুংথিলগী মরক্তা

সুদক্ষিণানা লমথাঙদা
মরক্তা লৈথি অনীগী
সন্ধ্যাগুম্না কজথি ॥২০॥

অক্ষত পাত্র পায়রিবী
হেন্দোরু মথোম থোক্লবী
থবক পাঙবগী থোঙ্গুম্বা

সুদক্ষিণাদি কৌবীনা
ষণবী য়েংওইন থুরুমখে।
চীরক অদুবু ঈরাংখে ॥২১॥

ষণবীনা মচাবু থোরাংথি
লেংদনা পূজাবু লৌবিথি,
ভক্তিগী থবক থুদিংদা
থোজালগী খুদম পুম্নমক

অদু ওইরম্নু মহাক্না
মথোয় অনীনা হয়াওথি।
মথোয় অসিগুম্বশিংগী
মহৈ থীন্দনা পীবনি ॥২২॥

মপান্দোম্বা য়েরু ঙাক্পা
অরুন্ধতীগ লোয়ননা

দিলীপ কৌব নিংথৌনা
লৈব বশিষ্ঠ গুরুগী

চরণবু থুরুমজরগা
সন্ধ্যা পূজা পাঙথোক্লগা
যঙোম শুমথ্রবা মতুংদা
কৃষ্ণতুনবু লৈরিবী
নন্দিনীবু অমুকহন্না
সেবা তৌজবা হৌখরে ॥২৩॥

সুদক্ষিণানা দিলীপ
থাওমৈ অমত্তং কচ্চরে
মানা তুমথ্রব মতুঙদা
মানা হৌরব মতুঙদা
কুপ্পিবী ষণবী মনাক্তা
ক্রমথখ্রে মতম খরদং।
তুমখি, নোংভালে হায়রগা
হৌখিদো মখোয় অনীস্থ ॥২৪॥

তোল্লবশিংগী অরাবা
থাগৎনিঙভাইদি ওইরিবা
পারী ফংজগে হায়দুনা
দিলীপ ব্রত ভাক্লকপা
য়ারোল অহুম্নক ওল্লগ্য
কোকপিবদা কাওগদবা
অকমিংচৎ পুগদবা
মহারাণীগা লোয়ননা
সুমিৎ শীভবুম তরেৎনিনা
শুবা মণীভতু য়োখরে ॥২৫॥

অতুগী নোংমকোনবদা
তুংইঙ্গরিব মহাক্কী
গঙ্গা ঈরায়ক্রম ময়াদা
লোক্লুং অমদা চঙখরে
মুনি'ষণবী অতুনা
অচেৎপভক্তি থঙনিঙ্খি।
ফজনা হানৌ চোংলিবা
হিমালয় হায়ব চীঙজ ওগী ॥২৬

শাহিং চাবা শাশিংনা
হায়ন খল্লুই নিংথোনা
চীঙ্গী ফজ মতৌবু
ষণবীদা নোংশা অমনা
পূক্রিংনম্ন লাকঙঙ্মোই
ষণবী'দুগী মথক্তা।
য়েংলিভৈদা মহাক্লা
চোংশিল্লক্কে লাক্লরে ॥২৭॥

ঋষিগী ধেনু অদুগী
অরা খোল্লাউ অদুতনা,
অরাববু কোকপিহৈবা—
মমিৎপু চুপ্লি পায়দুনা

লোক্লুংদা শাংনতাখ্রবা
অরা'না নংলিবশিংগী
নিংথৌগী চাংদা তরম্বা
থৈবগুম লায়না খ্দোকখি ॥২৮॥

লীরুং পাররিবনিংথৌনা
তোংলিব নোংশা অদুবু
শাৎলিব "লোধ্র" লৈরাংগুম

অঙাংবী মগী মথক্তা
চাঙ্গী অঙাংবা লৈঙাংদা
উরম্বী মতম অদুদা ॥২৯॥

নোংশা উরথ মতুঙদা
মরুফুক্তোকপ ঙম্লবা
মমায় ফিরুক খুম্লদুনা
হাৎকম থোক্লব মহাকপু
তেন্দোং'দৈ তেনবু শৎলগে

য়েরকল্লকপা কয়াবু
ঙাকপিহৈরব নিংথৌদো।
নোংশা, মনাক্তা চঙশিনখি,
হাৎলগে হায়বগীদমক
পাম্নমা রাখলবু তৌথরে ॥৩০॥

তেন কাপ্তৌরিব মহাক্কী
মঙাম্না শঙবগুম্নবা—
তেনকোক্তা খুৎচা নপশিনখ্রে

য়েৎখংবখুৎকি খুজিনগী
* কঙ্কগী মশা থেৎপিবা
অংয়কপ শক্তমগুমখরে ॥৩১॥

মপাম্বোম্বু ফাখিবনা
থোইদোক হেন্দোক্ল শাঙখরে
মহীময়াই চমখ্রব

দিলীপ মহারাজদো
মন্ত্রৌষধি অনীমক্তা
লিনগীদি মতৌগুম্খরে,

* কঙ্ক –উংচক জাং অমা (কাঁক) হায়রগম্ব খঙনবা।

মরান লৈরি শকুন্দা    মশাগী শক্তি পুক্না
চঙ্গুবদি ওমদবনা    মথরায়দুদ মচাকখি ॥৩২॥

ষণবী মশাবু ফারিবা    নোংশানা, মমু শাগৈগী
কিরাল খেৎপগুম ষৈরিবা    নোংশাগুম পাঙ্গল চাউরবা
অক্কব মীগী মীচংদা    মতম খুদিংদা লেপ্লিবা
মশাগী খৌদোক অতুদা    অঙকপা রাথল খল্লিবা
নিংথোবু মীগী মীরোল্লা    ওকহল্লকু না হায়রম্মী ॥৩৩॥

হৈাংনরুগমু কাপ্পরোই    খুংলাই পুম্নমক ঐঙোন্দা
কাপ্পখিনবদা চঙলোইকো    উপালগী মরু কুকপদা
ওন্বা মুংশিংকি মপাঙ্গল    চীংদা য়োরগা খম্বনি ॥৩৪॥

কৈলাসগুম্ব ভৌরব—    ষণদম্বতোঙ্গে নীংলিবা
শক্লোল নিপালবু পুরিবা    শিবনা খোঙ্ নৎপিরকপা
থোজানদিঅম্বুমক্তনা    ইনঙ্গলনদি শেংজরবা
নিবুঙ্গা মাপ্পরবা    কুম্ভোদরদিকৌরবা
শিবনদি চানবিরিব    মনাইনি হায়ন খঙবিয়্ ॥৩৫॥

উঙবরসে নমাঙদা    হৌরিব দেংক্ষ রুসে
মহাদেবনা উপালসে    মপারি ওইন্না খক্বিশে ।
গৌরীনা পায়বা সনাক্ষী    চকু খোমদগী তারকপা
খোল্লাংগী মহাওবু মুম্না—    থঙলবনিদো মহাকসে ॥৩৬॥

মোংমগীদি সুমিত্রা  শামু লমগী অমনা
হাকচব মচাময়কুং  ভক্লে মকু হুদোক্লে।
উরুবদা হিংচাবে  খুৎলাইনদি পাম্নবা
মচা কার্ত্তিকেয়গুম  উরে মাসি গৌরীনা ।।৩৭।।

হৌদুনা সুমিৎতুমগী  শামুলমগী খিবিরুদি
কিন খংনব হায়দুনা  মহাদেবনা ঐক্তোন্দা
চীঙ্গী লোক্লুং অসিদক্তা  লৈনবা য়াথং পীবিয়ে
নোংশাগী শক্তম পীরগা  ননাক্তা লৈব জীবনা
নচীঙ্গাক ওইদুনা লৈয়ু  অসুম হায়না তাকপীরে ।।৩৮।।

মহাদেবনা তাকপীব—  মতম অদু শুরবনি
ইখুৎচল্লবী যণবীগী  ঈনা পারগা তৌরগা
ঐনা থোইদোক্ল পেনগনি  হিংচাব য়াক্লগ্রহনা
থাগী মঙাংবু ফংলগা  থোইব হেক্ল পেন্নবগুম ।।৩৯।।

গুরুভক্তি মতীকচানা  উৎলমে হনখ্রো নয়ুমদা
ইকাই ইকি থাদোক্তুনা  ঙাকচকখুদি মথোকপা
খুৎলাইনদি ঙাকগুমদবা  গুরু মরলদু মাঙবনা
খুৎলাই পায়বমীশকশিংগী  মিংচৎ মন্নেং তাদবনি ।।৪০।।

দিলীপ মহারাজনা  মোংশাগী মপাউ অহনবা
তারগা মহাদেবগী  মতীক্লা খুৎলাই মপাঙ্গল
চম্‌খিবগা ওইথনিনা  লাকচরাথলব থাদোকখে ।।৪১।।

মাগী তেনকাপ্তা শোয়বদি ঈহান হানবনি মসিনা
হোৎনব মহৈ য়াল্লবা দিলীপ মহাক অতুনা
মহাদেবনা য়েংবদা পাম্বোম হাইব য়াখিদবা
বজ্র পায়বা ইন্দ্রগুম্না হায়খি লৈদ্রুনা নোংশাদা ॥৪২॥

তাবিনি নঙনা মৃগেন্দ্র ! হোৎনবমহৈ য়াল্লবা
ঐনা করিগুম্বা মন্ত্রঃ হায়জনিংবসি নোক্লিংব
মশক্তি, পরায় পানবগী থম্মোয়গী য়াবু খঙবিবা
নহাক্লিদি হায়ত্রুনি হায়জনিংবসি ঐহাক্লা ॥৪৩।

অচৎ চক্রবর্থিবিক্তী সৃষ্টিস্থিতিপ্রলয়বু—
ওম্বশিবদো ঐহাক্লা থত্তিঃ ইকায খুম্নকম্মি ।
* আহিতাগিদি ওইরিবা — গুরুগী, মাঙদা তারিবা
মরল অসিবু ঐহাক্লা য়াওইদবসু হৌনদে ॥৪৪।

ঐগী ইশ অসিমক্লা নঙী নচিপ্পাক ওইবিয়ু
চায়রক্লবদা মুমিৎনা মচানা গৌরাং ভাইরিবী—
গুরুগী মণবী অসিবু থাদোকপিরকউ চানবিয়ু ॥৪৫।

অদুগী তুংদা শিবগী মনাইদি নোংশা অদুনা
চৌঙী লোক্তী অমম্ববু য়া' মঙম্না হাইদোক্তুনা
মোমোন নোক্তুনা নিংথৌদা হায়খি মখাগী ৱাহৈসি ॥৪৬॥

* আহিতাগ্নি — মুমিৎ-খুদিংগী অয়ুক মুমিদাংদা হোম তৌবা মী

নঙোন্দা থানবা ছেকপিলদো  কনান থানগুমদবনি
পৃথিবী'সিগী মপুনি  চহীমতাং মেংলবসু
মথোক কারকপ্ মতম্গি  করি লৈতবা মরমগী
মমল্ য়াম্নব পো-শকপু  থাদোক্লিংব নহাক'সি
রাখল তৌবদা ঐহাক্না  অপঙবনিদি হায়নিংদে ॥৪৭॥

জীব মুংশিব নহাক্না  মাঙখ্রবমতুঙ অদুদা
তেক্তু কায়দ লেগদবা  যণবী 'আসমক্তুনিদো।'
হিংলবদিকো নহাক্না  হে লৈপক্কাদি মপুও!
লৈপাক প্রজা পুম্নমকপু  মথল মথাদি অয়াম্বা
অরা অনা থিবিক্তগী  কনবিরগনি মপাঙম্ ।৪৮॥

মাগী মরল হায়ববু  যণবী'সিনা লোইরবা
মৈগা পাঙ্থক ওইরিবা  গুরু তুনা শাউবদা
কিরবসু নহক্না  খোম্মী চক্ষু পুরিবী
যণবী কোটি কোটিবু  কৎচরগা মঙোন্দা
অশাউববু মহক্না  কোকহঙ্কবা ঙমগনি ॥৪৯॥

মরম অসিনা নহাক্না  মথঙ্শিংদ য়াইক কয়া
ফঙ্গদোরিব নশবু  কনবিগনিদো মহারাজ!
নঙ্গী রায়েল পথাপসিনা  কোল্লিবা লৈবাক থিবিকসে
ইন্দ্রগী লৈবাক স্বর্গন,  লৈ হায়বদনি লৈখাদা ।৫০॥

অসি হায়রগা নোংশাবা  লেপথরবদা মহাক্কী
থোকখিব থোম্লাং অদুনা  হিমালয়না পেল্লতুনা
দিলীপ মাগী মফমদা  হায়খিবগুম্মী মরমদো ॥৫১॥

শিবগী মনাই নোংশাগী মপাউ অজুবু তারগা
মানা লাকশিন্নখিবকুংা মমিং পাংবদা মাববী
যণবীনা চিংনা য়েংলবা দিলীপনা শুংশিনজুনা
নোংশা অহুগী মকন্দা অমুকন্থ হন্না হায়রকই ।৫২॥

অশোক অপনবু কনবনা ক্ষত্রিয় হায়না খঙনবা
মরায় কাঙনা য়াংন লৈব কাওরবা জাতি অমানি ।
মহুগী ওয় মায়কৈদা চৎলবনিপা অঙগী
মীনোক চঙলবথরায়দা মথুং চন্নবা লৈপাক্না
করিবু কায়গদগে হায়বিয়ুগবা মৃগেন্দ্র ! ॥৫৩॥

শিবগী শক্তিকুনা নঙনা লাকপ ঙমজবনি,
যণবী অসি কামধেনু— দগাদি তাদবীনিকো ।
অতোপ্প যণবী খোম থোকপী কয়া কৎলগা ঋষিদা
হায়জ চৎচবা মাগনি হায়বত্রুদংদি তাকপীয়ু ।৫৪।

মাগী মহুৎ শিন্নবা ইশা অসি কথোকচরে
যণবী অসিবু নহাক্না থাদোকপিরোদো হায়জরি ।
কান্নয়রোই নঙী পান্নণা মুনিগী হোমন্থ শোয়রোই ॥৫৫॥

নহাকন্থ মীখা পোনবনি হ য়ক্তরিবসি থঙবিনি
দেবদারু উপাল'সিবু নহাক্না ঙাক্লি চোকশিন্না ।
ঙাকদব পোৎশকপুদি মাঙহন্নগবু মশাদি
তেক্ক কায়দনা থম্ববু মপুগী মাঙদা ঙমগনা ? ॥৫৬॥

কয়িগুম্বা নহাক্লনে
থনবিরমদি মীংচৎকি—
পীনবিরম্মো ঐডোম্দা
পঙ্কভুতকী হকচাংদা

ঐবু হাৎপদি হৌনদে
মশক ওইরব হকচাং'সিবু
ঐখোয়গুম্ব মীশংদি
থৌশাব নত্তে কয়িস্ন ॥৫৭॥

হাননা রাহৈ অম'নীদং
মরূপ মপাং ওইনবনি
ঙসি বন'সিগী মমুংদা
মরুপকী হায়জ রাহৈ'সি

ঙাংনরবগী মতুংদা
হায়নবতুমক থোক্লরে।
ঐখোয় অনীগী মকমদা
মত্তীক্তি চাদে মাঙহনবা ॥৫৮॥

ফরে হাইনা য়াবিরবা
থুদক্তি অতুমক্তদা
য়ারক্লব দিলীপনা
শাগী শতুম অমগুম্বা

নোংশা অতুগী মকমদা
হাইবা য়াদব মপাম্মোম
থুৎলাইবুদি হুন্দোক্লগা
মশাগী হকচাং কথোকখি ॥৫৯॥

কিব ফংনা নোংশা চেংঙখে
মরায় কাঙ্দুনা য়েংলিবা
থক্তা বিদ্যাধরশিংনা
লৈরাং খিবিক্তী মপৈনা

মরু লুক্লদি লৈরিবা
লৈবাক প্রজাগী মপুগী
মথুৎনা চাইথরক্লবা
নোঙ্গি মতৌগুম চুথখি ॥৬০॥

"হৌগৎলো ইবুঙেঙা" হায়বা
তারবতুংদা দিলীপনা
মমাগুম্বী যণবীচুদা

অমৃতগুম্ব মরাহৈ
হৌগৎলক্লগা মমাঙদা
নোংশাগী মশক উথিদ্রে ॥৬১॥

দিলীপ ঙক্লুনা লৈরিঙৈ
ঐনা মায়া তৌরত্নুনা

যণবীনা হায়খি হে সাধু!
পরীক্ষা তৌবনি নহাকপু।

ঐতোন্দা ঋষি শক্তিনা
শাহিংতাহিং চাবশানা
যমমরুন্ত চতুভ্রমদে
করিতৌবরু শুমজনি ।।৬২।।

গুরুগী ভক্তি অমদি
পেল্লে ইমানা নতোন্দা
ঐতোন্দ নৈব প্রেম'জিনা
অপান্ব বয় মিজয়ে।

মঙোম মথৈদ পীবীনি
পেনবিরবদি ঐনবু
হায়নদি ঐবু থনগনু
নীংজবথিবিক পীবিনি । ৬৩।।

"বীর" হায়বা রাহৈ'সিবু
ধেনুগী থৌজাল কংলবা
মথুৎনা তান্দুন' কংলিবা,
নিংথৌনা মথুৎ অনীবু

লোন্নজরেদি হায়রগা
লেঙদমীংচৎ লোগদবা
বংশগী মমিং হৌনকম
মপারি অমত্তুংদংবু

সুদক্ষিণাদা কংজগে
হায়তুনত্তুম নিজরম্মী ।।৬৪।।

মখোম থোক্লবী ষণবীনা
কংজরো হায়না তাকপীরে
মচা পামজবনিংথৌদা
ইবুঙো ঐগী ইখোম'সে

উনাগী দোণাদা শূন্নগা
থকচরে হায়না তাকপিখে ৬৫

ইয়া ইবেম্মা! নহাক্কী
হোমদগীসু অরেম্বা
ষণনাওগী থকথাক অরেম্বা
নহাক্কী নখোম অসিবু

পৃথিবীগী তক্লকশুবা
ঋষিগী য়াথং কংলগা
শরক্কী মতৌগুমদুনা
লোজনিংবনি নম্বাইনা । ৬৬।।

অসি হায়না দিলীপনা
থোইদোক্লা মানা পেনবিন্নে,
হিমালয়গী লোক্কমী
হঙ্গৎচখরে ষণবীদা
নিংথৌনা তুংদা ইন্দুনা
রাদনা আশ্রম য়ৌরক্লে ।।৬৭।।

মায়থোং মতাদি য়েংবদা মক্তুবা থাজ মাল্লিবা,
লিংথোশিংগী মকমদবু অক ফত্তব তাকপীবা
দিলীপ মহারাজনা, মায়দা তাবা হরাওবগী
খুদম্ম মরম্ম ওইহুনা যণবী' থৌজালবু খল্লগা
গুরুদেবগী মকম্মদা হন্না হায়বা রাহৈগুম্ব
রাহৈনা হন্নৎচরক্লে সুদক্ষিণাদা খওহল্লে ।।৬৮।।

লমচং স্বভাব ফজবা অকবমীবু চানখিব'
দিলীপনা য়াথং ফংহুনা বশিষ্ঠ হায়ব মুনিগী
মূর্ত্তি পাল্লবা অঙোবা মীংচংকি মতোগুল্লবা
যণাওগী হোমগী অরেম্বা যঙ্গোম্বু থকখি খোয়াংনা ।।৬৯।।

ইন্দ্রিয় খুত্তুম চল্লিবা বশিষ্ঠ কৌব ঋষিনা
অয়ুক্কী মতম্ অত্তুদা ব্রতপারণা লোইরবা
সুদক্ষিণা দিলীপ অনীদা যাত্রাগী মতম অত্তুদা
আশীর্ব্বাদ পীনরগা কোন্নুং তম্না চংহনখিখি ।।৭০।।

হোমগী পোৎচৈ খিবিক্তুবু মৈবু বশিষ্ঠ গুরুবু
অরুন্ধতীবু অমস্তুং মচা কোম্নবী যণবীবু
য়েংওইননা কোয়জরগা মঙ্গলগী লীচৎশিংহুনা
মতীক ময়াই কম্না চাওনা চংখি দিলীপ কোন্নুংদা ।।৭১।।

ব্রতগী অরাবা খাঙলবা ধর্ম্মপত্নীগা লোয়নবা
অত্তুগুম্নবা নিংথৌনা মাগী মথোল তাবদদি

মুংশিব মখোল খোক্লিবা, কোংব কনবদি লৈতবা
থুংলব নীংজবগুম্বা— দোলাই তো দুনা চৎখরে ।।৭২।।

মতম থর কায়নরুরে মাবু থৌরাংনা ডাইরম্রে,
মচা কংনব তৌরুবা ব্রম্ভনা ময়াং কংলিবা
নৌনা মরৈপাক লাক্লবা নৌন থোক্লকপা থাগুম্বা
মাবু প্রজা খিবিক্লা মমীৎন পেন্না য়েংজখি ।।৭৩।

ইন্দ্রগবুদি মান্নবা মচাক মরন চঙখোংবা
লিংথৌ মাবু প্রজাশিংনা লৈশি লৈখোঙখিরম্মী।
মথক্তা কিন্নাল থাল্লিবা কোমুং'দুদা চঙখ্রবদা
মপান্নলদা য়েংলথমু অনন্তমক্তা মান্নবা—
মাগী মপান্থোম অনীদম্ন হাপখি লৈপাক্কী অরম্বা ৭৪'।

অত্রি মুনিগী মীতগী পোকপ জ্যোতিবু আকাশনা,
মৈন্না লংথোকপশিংগী তেজবু গঙ্গানা পুবগুম্ ।
দিলীপকী বংশ ডাক্লবা মায়কৈ ডাকপ লাইশিংগী
তেজ চঙলবা গর্ভবু সুদক্ষিণানা পুখরে ।।৭৫।।

✓ (৭৫৮)

দ্বিতীয় সর্গ লোইরে।

# তৃতীয়ঃ সর্গঃ

মপুরোইবনী আশাগী মতমচানা   থোক্লরবা, সখীশিংগী মমিৎকিদি
থাবল, ঈক্ষ্বাকু বংশ শমথনবা — গর্ভগী থুদম পকথরে সুদক্ষিণাদা ।১।

ময়াঙ কংবনা লৈতেং শুদে মশাদা   লোধ্র পুষ্পগুম রাওথোক্লম্মী
মমায়দো ।

থরাম্মিচাক্কা থাজগা মুশি মুশি   থোক্লবা নোঙাল্লমদাইগী তাংলো-
শুমথি ।২।।

চেরবাক চাখিবন মনম মুংশিবা   মায়থোং অদুবু নম্বগী অগৈকপদা
পেনবা নাইখিদে দিলীপনা   ওল্লাংথানা লোইখ্রগা নোঙ্গী
নোংলিক্কা

খিকখ্রবা বনগী লৈকুৎ কোঙ্গুংকি
মনম   নম্লগা শামুল্লা পেনবা কংদবগুম্ ।।৩।।

মোগী দোলাইনা মায়কৈগী
অরোইবদা   থাগদৌরিব মচানিপা অসিনা
ইন্দ্রনা স্বর্গবু তৌবগুম পৃথ্বীবু   ভোগ তৌরগনি হায়বন্নিয়া লৈবনা
সুদক্ষিণানা অতৈ চিঙ্গাক হুদোক্লে, চিঙ্গাক অদুগুম্বতুদা মপুক চখি [৪]

মগধনিংথৌ মথোয়্মোয়   সুদক্ষিণাদি কৌবীনা
ইকায়খজদুনা ঐঙোন্দা   করিগুম্ব মপুকতাবা
অমত্তম্ব থঙহল্লদে   অসি থন্দুনা উত্তর—
কোশলগী মবুঙ্ঙোনা   মীৎকুপ মীৎকুপ থুদিংমক্কী
মতাশিংগী মকখতুদা   মাগী অপাম্ব হংবিথি ।।৫।।

নাউপুখিগী হৌনবমা ৱারৱী সুদক্ষিণানা
পামজব পোৎশক অদুমক হয়াও হয়াওন পুরকপা
উজখি মমিৎ অনীনা লীরি চপ্লব লীরাংনা
খুৎশু ওইরিব দিলীপনা কঙ্গে নীংলব পোৎশক্তি
কংলোইদবদি মরৈদ্রে স্বর্গমণ্ডলমক্তসু ।।৬।।

নাউপুজবগী অৱাবা মথঙ মথঙনা লেপ্লক্লে,
হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমকসু মপূং মরৈদি কারক্লে,
অরিব মনা কেনখৎগা অনৌব মনা হুপ্লগা (চোংলগ)
উরীনা মপূম মরৈদি কারকপগীদি পান্দম্নি ।।৭।।

সুমিৎ শীংবুমদি কয়ানি চঙ্শিল্লক্লব মতমদা
খোইদোক হেন্দোক্লা নোয়রবা মচীন্দকোইরক মুরবা
মথা অনীনা মহাক্কী খোইমুন কোয়ন শিল্লগা
পোমশাৎনব থম্বাল লৈরাং লৈনুংগী নীংথিব মাঙ্হনখি ।।৮।।

হীন ৱাইন নুংদা চনব— সমুদ্রন কিজোল ওইবী
পৃথিবীগুম্না অমদি মমুঙদা মৈবু কোল্লিনী
শমী কৌরবী উরাংগুম মমুঙদা ঈচেল নাইরিবী
সরস্বতী তুরেলগুম্না থনখি দিলীপনা মহাকপু ।।৯।।

সুদক্ষিণাগী মকমদা— তপ্লব মাগী লৈজবা—
প্রেমগী চাওরব মপুক্কী মপান্থোম্ন তাঙ্খিবা
মরলগী মতীক চাম্নবা পুংসবনন চিংলবা
থবক পুম্নমক পাঙথোকখি মথং মনাও নাইনা মানা ।।১০।।

লোকপালগী শক্রক্রা        তিল্লব মাগী গর্ভনা
লুম্মনথিবনা চ্যেকশিন্না        কন্নক্কম থাদোকচরিবী—
হৌনব লমচৎ ঙাকপদা        মথুৎ অনী লোয়্নবদা
য়োনা য়ায়বী মমিংতা        তথকপ মতৌ পুরিবী—
মহাক্না মরম ওইদুনা        সুঙভাইজথরে দিলীপনা ॥১১॥

অঙাং লাইয়েংদা হৈরবা        থাজবা য়াবা মাইবনা
ঙাক শেনখ্রবদা গর্ভবু        থাশীং তয়া শুরকপদা
মমীৎ মমায় পাঙ্গদবা        সুমিৎ তম্বদি ঙমদ্রিবী
সুদক্ষিণাবু উখরে        লোংচেল্লবা অতিয়াগুম ।১২॥

শচীগুম্নবী মহাক্না        উচ্চ ওইরব মকমদা
লৈবা অস্তম্ন নঙবা        গ্রহ কয়ানা মহাক্কী
কব ভাগ্যবু কোংদোকপা        মচানিপা অমথকপু
* প্রভাব মন্ত্র উৎসাহ—        সাধনশিংদগী থোক্লকপা
শক্তিনা মাঙদবলনবু        পোকচবগুম্না পোকচখি ।১৩॥

মতম'দুদা মায়কৈ'পূম্বা        তরু তরুনা লৈরম্মি,
পূক্লিং হুরব সুংশিংনা        মতম অদুদা শীৎলম্মী।
মৈরীনা য়েংওইনদুনা        মৈনা হবিব্রু লোয়ম্মী
পূম্নমক মতৌ অম্নুম্না        থোকখি অরুব থুদম ঙাক ॥১৪॥

মপোক করব অঙাংগী        য়াঙ্গাল শঙনুংদা শয্যাগী—
মপান্দা কোয়না তারবা        মশাগী মঙাম্না মঙাল—
মাঃথ্রবা নোংয়াই থাওমেদো        লৈখি অয়েকপমুর্ত্তিগুম ॥১৫॥

---

* প্রভাব=শক্তি, মন্ত্র – মন্ত্রণা, উৎহাস—পুক্লিংগী পাঙ্গল।

মঙা ইবুঙেঙা অমথক         উন্নয়ে হান্নব পাউ অসি
অমৃতশুশ্মি ত্যাবদা         মসিবু হঙৎলন্নিবা
লৈমকোনবুদি শেঙবা         নিপা অমগী মকমদা
মপুনা পীখিনবদি         থাগুম অরংব ছত্রনে
চামর অনীনে অসিনি         পীনখি লোইন অতৈদি ॥১৬।

মুংশিং শিঙব মকমদা         শাৎপা থম্বালগুম লেঙন্নবা
মমীংনা মচানিপাগী         ফজবা মায়থোং অদুবু
য়েংলুবত্তুদা মহাক্কী         হোরকপা হন্নাও' ঈপোমদো
লৈবা চনখিদে মশাদা         থাবু উবা সমুদ্রগুম ॥১৭॥

তপোবনদগী লাক্লগা         বশিষ্ঠ কৌব পুরিংনা
জাতকর্ম্ম লোইরবদা         মপারী অদু দিলীপকি
থোইদোক হেন্দোক্লা ঙান্থোইখি         খনিন্নুংদগী ফংলকপা
মণিনা সংস্কার তৌরগা         থোইদোক হেন্দোক্লা ঙানবগুম ।১৮।

ভাবদা পেনব মঙ্গলগী         মতমদ য়ৈগদবা যন্ত্র
মথোল পুন্নমক অদুনা         মশক্লা হিংবী সুপীগী
হন্নাও জগোইগা লোয়নদা         নীনখি—থোখিব থোম্বাংনা
স্বর্গগী লম্বী য়োথরে         নত্তে দিলীপকি যুমদদা ।১৯।

মপারি অম ফংবদা ~~~~         হন্নাউজন্নবা মহাক্লা
থাদোক্লিঙডাই অক্না অপুন         ফনা অমন্থু লৈন্নমদে ।
মন্নম অদুনা নহাক্লা         মতম অদুদা মশানা
মশাব থাদোকচরম্বী         পিতৃঋণ চায়বদগী ।২০॥

শব্দার্থ মুন্ন খঙলবা
অয়াং অশিনা বেদগী
ওমখৈবু য়েংলগদোরি
উদুনা মপারি কোলোয়

মচাক মরম্দা ব্রাত্র।—
হকচাংগী পূর্ক্নীং হূরবা
নুমিৎকী মঙাল্লা চঙলগা
নোংম নোংমগী অসুমসুম

কার্ত্তি কেয়ূরু সংলবা
জয়ন্তবু পোকচরবা—
মখোয়মক মাল্লরবা
মখোয়গুম্ব মচাদুনা।

চক্রবাক লাব অমোম
মখোয় 'নীগী পূর্ক্নীং লৈপুল—
মথক্তা লৈনব প্রেম'দু
মহৈ মহৈগী মথক্তা

মমা য়োকচবীনা হান্না
মহায়খি অঙাং অদুনা
মান্নকৈ লাক্কুনা মচৎখি,
অঙাংনা মকোক নোনখয়ে

ম'লেম পৃথ্বীগী মপুনা
শাকম লানকমগী অয়োইবা
ধাতুগী অর্থ ফংবনি
রঘু হায়নবু খোনখিদো ॥২১॥

অ:পোকপ মাগী বন্থুনা
শৰুক পুম্নমক অন্থুনা
মপৃং ফারকপগুম খাজনা
মপৃং 'মরৈদি ফারকই ॥২২॥

হরপার্বতী অনীগুম,
ইন্দ্র ইন্দ্রাণী অনীগুম
সুদক্ষিণাগা দিলীপকা
থোইনহেন্ন নুঙ্গাইখি ॥২৩।

অনীগী মতৌগুমবা
ওইবা অমনা অমগী
মচানা শৰুক লোথ বসু
জয়ন থৰুনা মরৈখি। ২৪।

তন্নবা ব্রাহৈ অদুতা
মানা থুদোনবী খিল্লকপা
মানা থুকম্ম তম্বিরে
পেনখি উরগা অপোকপা ॥২৫॥

মাগী মশা শোক্রুবদা
অমৃতনা উনশাসিদা
মতম্পাক্তাব্ পক্লা
উইরুম উইরুম তৌরদুনা
মচাগী মশা শোকপা

ফংব সুতভাইদুরি
থীক্রগা ফংবগুম্বনি।
মমিৎ মিৎপান অনীদা
লৈরগ কাইনথংদুদ
সুতভাইব থম্বি পোকপা ॥২৬॥

হাংগী লৈম্ন ফিরেঙ্গু
থোইদোক হেন্দোক্ল পোক্লবা
মহক্কী বংশ অদুবু
ব্রহ্মা কৌব লাই অদুনা
সত্বগুণগা লোয়নবা
বিষ্ণু কৌব দেবতানা

ভাক্কিবদিলীপ মানা
মগা রঘু দুমক্কনা
লেঙদ্রেদনা হায়ন থনখি
গুণগী লক্কগী অপোম্বনা
মহাক্কা শক্কম অতেপ্পা
মাগী সৃষ্টিবু থনবগুম ॥২৭॥

চূড়াকরণ সংস্কার
মশম্মা কাকশা মাল্লবা
মন্ত্রীগী মচা খিংকি
থঙজবদনা থোঙ ওইনা
চঙশিনখিবগুম ঊচেম্মা

লোইথুব রঘু মহাক্কা
হৌ মিন কামিম্মরিবা
লোয়ম্বন ময়েক মপীবু
সমুদ্রদা তুরেলশিংনা
চখিংলম্মী শাস্ত্রশিংদা ॥২৮॥

হৌনবী বিধি কায়দনা
অচানব রঘু মহাকপু
হোৎনব মহৈ য়ান্দবা
থবক পুম্নমক মকমচানা

লুগুণ থাংলবা, গুরুগী—
তাকপি শীকপিখি গুরুনা।
ওইখিদে মঙোন্দা গুরুশিং,
হাপ্লগা মহৈ য়ানবনি ॥২৯॥

বৃদ্ধি লৈশিং চঙ্খানবা
সমুদ্র মরিগুম্বরা
মায়কৈগী মপু সুমিৎনা
শগোলনা মায়কৈ মরিবু
মানা বৃদ্ধিগী মপাম্বা
মখল মম্বিগী মখৈবু
দুংশিৎকী মমাঙ থারবা
লানবগুম লাঙকিরম্মী ॥৩০॥

রুরু শক্তিগী মরু নবু
খুৎলাই মন্ত্রগা কোম্বরা
অনীশুদব নিংগৌত
লীরুং শূবদা মপাবু
মহাক্ল শেৎলইম্লগা
অপোকপদগী তম্লম্মী।
ওইরম্ব নত্তে অপোকপা
লৈতবনিপা ওইরম্মী ॥৩১॥

অঙাংগী মতৌ কোক্কুনা
হাতম ওইরম্ব ষণ্ডুনা
শামু মচানা অচৌব—
পূর্ণীং হূরব চীংলেম্ব
মথোঙ কারকপ রঘুদা
যজ্ঞাউ মতৌ তাল্লকপগুম্
শামু মরোঙ্ তাল্লকপগুম্
মহক্চাংদুবু তাঙখি ॥৩২॥

মতুঙদা মপানা মাগী
পাঙথোকপিরগা বিবাহ
নিংথৌশিংগী মমোমশিংনা
রঘু মাবু কংজরম্মী
দক্ষগী কন্যা খিবিক্লা
কেশান্ত কৌব সংস্কার
কৌব সংস্কারবু পীবিখি।
মতীকচাবা মপুরোইবা
রোহিণীনদি চিংলখী—
কখিবগুম্বা থাজবু ॥৩৩॥

মপাম্বোম্বা জুগ্নানগুমখি
গুকশম ফুনখি পাঙ্গল কনখি
হকচাংগী মতা ফবনা
অদুবু মরূ লুকপনা
থোঙজাওগুম পাকখি থবাক্লা
পাথং ওইবগী হৌনবা
হেনখি মানা অপোকপবু
উথি অপীকশক ওইনদুম্ ॥৩৪॥

মশানা কুইন পুরকপা
প্রজা শেনবগী অরাবা
য়াংহন্নগে নীংলদুনা
লাইরিক লাইশু তম্বদগী
অমদি কজব স্বভাবনা
রঘু কোব মচাদুবু
থোইদোক হেন্দোক্না লুরবা
শরুক অদু থরদংদি
দিলীপ মহারাজনা
পোকপ সংস্কার অমনা
মরু মকাই লুকচরবা
যুবরাজ থিন্দোকখরে ॥৩৫॥

মীগী গুণবু মীহৌজবী
দিলীপ কোব চরুওইবা—
যুবরাজ কৌব কমদা
থম্বাল হায়বা লৈরাংদগী
কজবলুন্না থম্বালগী
রাজ্যলক্ষ্মী কৌরবীনা
মকম'দুদগী মতুঙদা—
শরুক থরদি চঙশিনখি—
লৌন শাৎলব থরোদা
চঙশিনখিবগী মতৌগুম্ ॥৩৬॥

সুংশিৎকী মতেং কংলগা
শরৎকী মতম য়োরগা
মচুম তারগা শামুনা
রঘুনা মতেং ওইদুনা
থাম্বী মৈনা তৌরকপগুম
কোরোইহনবনা তৌগুম
তৌবগুম্না দিলীপকী
মতীক মগুণ থোইনা হেনখি ॥৩৭॥

সোরারেনগুম্বা মহাক্না
তুংইনবা নীরং পায়রিবা
শগোলবু ঙাকহনবিখরে
চামকপী অমথক্তং
নিংথৌমচা পুন্নমক্না—
মহাকপু অশ্বমেধকী
মতৌ অমুক যজ্ঞগী
রাৎপগী মশীং য়োৎখরে ॥৩৮॥

মতুংদ নিয়ম কায়দনা
অমুকমু যজ্ঞ তৌনবা
যজ্ঞ তৌরিব্বা দিলীপনা
থাখুবা থিংব লৈত্রবা

শগোল হুথরে ইন্দ্রনা লোত্তুনা মাপী মশকপু
লীরুং পাম্নদুনা ঙাকপবু থৌওইদনা মমাঙমক্তা ।৩৯॥

রঘু তেজোল পূম্নমক পাম্নজব পোৎশক মাঙবনা
তোকম থঙদনা শ্রুশ্মী, মহাকী মতীক মঙ্গণবু
পূম্নমক্তা খঙনরবী মখোঙনথোংনা লাক্লিবী
নন্দিণী কৌবী ষণবীবু উথি থুদক অত্তুমক্ত ।8০।

অক মীশক কয়ানা থাগৎলিব রঘুনা
নন্দিণীগী শেংলব হক্কী ঈশিং অদুনা
চামথোক্লগা মমিৎপু মিৎনদি উত্রবা
পোৎশক থিবিক অহুদা উব'শক্তি কংজথি ॥8১।

সারথিনা হয়া হয়া ক্বাদুনা থাম্বা ঙাওরবা
শগোল হূদুনা চুপ্লিনা চেৎচেৎ চেৎনদি পুল্লিবা
চীংশা কল্লিব ইন্দ্রবু উথি নোংপোক্তা রঘুনা ॥8২॥

শগোল হূরানব মহাকপু কূপ্তব মমিৎ চামনা
অশংব শগোলশিং'দুনা ইন্দ্রনি হায়ব থঙলগা
নোংমদোন থেৎপ লুয়বা খোনগী খোম্লাংদা থাদুনা
খোঙচৎ লেপহনচে মতাগুম হায়থি মঙোন্দা রঘুনা ॥8৩॥

হে লাইনিংথৌ য়োরারেন-ও! যজ্ঞগী শরুক লৌরিবা
লাইশিংগীদি ময়ক্তগী অহানবনি হায়নবনি"

অথঙ অহৈ পূজমা,
অর্থমেধ যজ্ঞরেনবু
থোয়াংলিব অপোকপপী

অনুমমক্তি ওইবগা—
চামরক হৃৎ কচচগে
পোয়াং করিগী পলহৃন্নি? ।৪৪।।

ঈরাৎ পূজাবু থুগাইবা—
অরূব পোৎশক উরিবা
ধর্ম্মদা থুরৌ হ'প্ল'দি

মীশকপু লাকপীগদবা,
মরোল 'হূ-গী মপু নঙবা
মাঙবদি শোম্বত্রে ধর্ম্মদ।৪৫।

মরম অসিনা লাইনিংথো
অথোয়ব পোৎচং শগোলবু
বেদগী লম্বী তাকপীবা
অরানব কারল লম্বীবু

যজ্ঞ:রেন অশ্বমেধগী
থাদোকপিবনা মতীক ওই।
মতীক চাউরব লাইশিংনা,
কৈদৌঙৈদস্থ তৌনদে ॥৪৬॥

অঙনব রাহৈ রঘুগী
মত্তীক উবদ: মুহাক্তী
মপা চারব পাউথুম্

ইন্দ্রদেবনা তারগা
দোলাইবু থাম্বিগি ওক্কুনা,
শীগে হায়নদি পোয়াথি ॥৪৭॥

নিংথৌ মপারী ইবুংঙো!
অচুম্মম্ভি অদুবু
ঐথোয়গুম্ব্রশিংনদি
কনগদবনি মিংচত্তি,
তাইবং পানবদা কাওরবা
যজ্ঞ অসিনা ঙমহনক

নঙনা হায়ব্রিব রাহ'ড়
মিংচৎকি উরোং থিম্রিবা
যেক্রবশিংগী থুরুগী
অপোকপ ওজী পঙ্গৌনা
ঐগী মিংচৎপু অরূব
হোৎনব্রিদ্রি ঙম্ব্রিদনা। ॥৪৮॥

পুরুষোত্তম হায়রিবা হরিগী মীথৈ অমদি
শিব 'মীথৈ মহেশ্বর, অদুগুম্বা ঐহাক্ন সু—
* শতক্রতু হায়বা হ'য়নরিবা মুনি'শিংনা
অতোপ্প কনাগুম্বদা হায়নব য়াদে মখতক্ ॥৪৯॥

কপিলগুম্বা ঐহাক্না নপাগী চামরকশুবা
শগোল হূবদি অসিননি, মরম অসিদা নহাক্না
হোৎ৽রুক্তনা কায়রোই সগরগী মচাশিংদুগী
দশা অদু ফংজগনি থুমাং চাওশিঞ্জরকনু ॥৫০॥

মতুঙ অদুদা অকিবা— কৈত্রব শগোল ঙাক্লিবা
রঘুনা থাক্না নোক্তুনা ইন্দ্র য়েংতুনা হায়রকই।
শগোল পীরোই হায়রবদি খুংলাই পাম্বৎলু লাইনিংথৌ।
ঐবু ঙমদনা নহাক্না হোৎনরমদি ফংলোইকো! ॥৫১॥

রঘুনা মমায় লো'তুনা ইন্দ্রদা অসি হায়রগা
নীরুংদা তেজ থোংলগে খন্দুনা আলীঢ় * কৌবা—
ফিরেপ নীংথিজরব— চ উদম শাংদম্ব হকচাংনা
শিবজী মতে গুমদুবা শেংজোননক্রম লৈখরে ॥৫২॥

* অশ্বমেধ যজ্ঞ চ মরক তৌবা নিপাবু "শতক্রতু" কৌই।

* "আলীঢ়" ওইগী খুকউ মাঙদা থম্নগা য়েৎকী খুকউবু তুংদা থমদুনা কপ্পা ফম্নম।

রঘুগী মুন্সীগুম্বা—
ইন্দ্রনা শাউরক্লদুনা
মতম থরগী খাললবা
লীক্লংদা লেপ্ত মাঙ্ডু্রবা
তেম্ব থম্মোয়দ' পানবদা
অনৌব নোঙ্গী মরক্তা
চংয়থাংগী মশক লৌরবা
তেনবু কেঙ্গা—তম্ব থোক্খি ॥৫৩।

কিরবহিংচাবশিংগী
তেম্ব ইন্দ্রনা কাপ্লকপা
পাক্লব থবাক অতুদা
হাম্না মহাও থঙদবগুম
ঔগী মহাও খঙ্লক্লবা
দিলীপ মপারী রঘুগী—
ঔরেম্ব চম্মো হায়রগা
হরাওনা থকখি মীগী ঔ ৫৪।

মপাঙ্গলদা কার্ত্তিকেয়—
শচীনা উনাগী মন্নে'ঙ
ঐরাবত শামু নানবদা—
তিল্লবা মপাম্মোংদুদা
গুম্বা কল্লব রঘুনা
মাক্লা য়েক্লবা ইন্দ্রগী—
শৌ শৌ লাওরবা খুংচানা
মমিং হকপা তেনবু থাখি ॥৫৫॥

অতোম্ব তেলা অংনা
ককথংখিরম্বী রঘুনা,
মক্লকোকখিবদগীগুম
ব্রজ্রগুম্ব কিরাল ইন্দ্রগী
রাজলক্ষ্মীবু ময়দুনা
রঘুদা শাউখি ইন্দ্রনা ।৫৬॥

মহৈ মহৈ ঙমনিংলিবা
মশা পানবা কিনিঙ্গাই ওইবা
তেনশিং অতুনা অকনবা
ইন্দ্রবু শেনখি লাইশিংনা
ইন্দ্ররঘু অনীমক্কি—
থক্তা খাদা পাইশিল্লিবা
লানকম অমদি থোকথরে
রঘু শেনখি লাম্নীশিংনা ॥৫৭॥

খাঙতমদবশক্তিবু
অতং অথম লৈতনা
নমথবা থিংব ঙমখিদে,
বজ্রবু মাগী নো'জুনা

পুরিব রঘু মহাকপু
কাপ্লক লংলকপ খুৎলাইনা
নোংনা মঙোন্দ তাখিবা
থিংবদা ঙমজদবগুম্ ।।৫৮।।

মতুং অদুদা রঘুনা
খুজেংদা নোংনঃ খোংবগুম
মচীন থামচেৎ শারবা

হরিচন্দন তৈরবা—
হৌরবা ইন্দ্রলীরুংবু
তেন্না অমনা ককথৎখি ।।৫৯।।

খোইদোক হেন্দোক্ল শাউরবা
য়েক্লব রঘু মথরায়
ফাউরবা মঙান অকোয়বা

ইন্দ্রনা লীরুং থাদোক্লে
কৌনবা, চীংশা ককপদা
পুরিব বজ্র পায়খৎখি ।৬০

রঘু বজ্রনা থবাক্লা
লোয়ননা তাখি লৈমায়দা
খাঙলগা তেঙ্গোলগী হয়াও

পান্দুনা তেঙ্গোলগী মপিগা
মীকুপ অমত্তুং অরাবতু
খোঞ্জেলগা লোয়ননা হৌগৎখি ।।৬১।।

বজ্রনা পাল্লমক্তসু -
অচেৎপ য়েক্ল পূকচেলবু
বৃত্রাসুর হাৎপ ইন্দ্রনা
মগুণ লৈবশিংনদি

খুৎসু খুৎলাই থাদুনা (কাপুনা)
পুরিব রঘুগী মথক্লা
পেনবিখরে নীংথিনা,
ঐগী মীগী নাইদবনি ।।৬২।।

ঐগী খুৎলাই বজ্র অসে
খাঙতমদবনি 'তোপ্পনা
পেল্লে নহাকপু ঐহাক্লা
হায়য়ুদা করিপাম্বগে

কনানসু থিঙতমদবনি,
মতীঙ লৈবনি অসিনা
শগোল অসিদি নত্তুনা
হায়খি ইন্দ্রনা রঘুদা ।।৬৩।।

তেন্দোংদৈ পূমশং শক্ত্রবা
চনবসনাগী মঙাম্না
ঈঙাং ওইনদি ঙাংহনবা
অমুক হম্না থমঞ্জিল্লিবা
নিংথৌগী মচা অদুনা

তেন মহাক্কী তেন কোকতুদা
থুংকি থুংচা পূম্নমকপু
তেম্না অদুবু তেন্দোংদা
রাহে থোনক্কম নীংখিবা
ইন্দ্রয়েংদুনা থুগ্লম্মী ।৬৪।

থাদোকপ যাদব শগোলনি
সঙ্গ অসিবু তক্তুনা
শাস্ত্রা রয়েস কায়দনা
ফংজক্কম থোকপ মহৈত্রু

খনবিরবদি প্রভুনা
তৌজরক্লিব ইপাবু
কর্ম্ম অসিবু লোইরগা
মপূং ফানা ফংহনবিয়ু ।৬৫।

শিবগী শক্তম পিনাগী
সনা সঙ্গায়দা লৈহোৎ
ঐগীদি ইপা নিংথৌনা
মচান্দগি পাউ অসিবু

মনুংদা অমা ওইরিবা
ঐখোয়না ফংবদা রারবা
নঙ্গী নপাউ পুবগী—
ফংননবদি শীনাবিয়ু ।৬৬।

মাতলি কোবনা মাগী
ইন্দ্রনা রঘুগী অপাম্ব
লাকপ লম্বী কায়দনা
সুদাক্ষিণাগী মচাস্থ

দোলাইগী সারথি ওইরিবা
থুংজরসনু হায়বিরে,
স্বর্গমণ্ডলদ হনথরে,
পেন্দ পেন্দনা য়োথরে ।৬৭।

ইন্দ্রগী য়াথং পুদুনা
হঙ্গংলয়রবদিলীপনা

নিপা অমনা হান্নবা
হরাওবমক্তনা ঈংলবা

মখুৎ অদুনা রঘুগী বজ্রয়াখুম্না তঙলবা
মশাবু নান্দু নান্দুনা থাগৎলকই মচাবু।৬৮।

লৈবাক্কা মাগী ময়াথং লৈবাক তাদনা ঙাক্লিবা
দিলীপ নিংথৌনা পুন্সিদা লোইরমদাইগী মতমদা
স্বর্গবু কাগে নীংদুনা অশ্বমেধদি যজ্ঞবু
মরিক্কুতরা মাপলথক মথঙ মথঙ তৌথরম্মী ।।৬৯।।

নিময়ুখিবক্কী অপাম্বা থাদোরক্লব মহাক্কা—
হৌনবী মতুং ইন্দুনা পাখঙ ফাবদা ঙায়রিবা
মপারী রঘু অহুদা নিংথৌগী সম্পৎ ওইরিবা
শেকপিন্না অজোব পীরগা সুদক্ষিণাগা লোয়ননা
মুনিগী বনদা হৌরিবা উগী উখোংদা লেঞ্জখি ।।৭০।।

তৃতীয় সর্গ লোইরে।

# চতুর্থঃ সর্গঃ

মপানা পীনরম্লবা
ফংজরদুনা রঘুদো
মুংখিল্লা লোইরক্লবদা
মঙান মশাবু ক'লগা

লৈবাক ব্লায়েলগী যৌদাংবু
থোইদোক হেন্দেক্লা ঙান্থোইখি।
মুমিৎনা শিচরম্লবা
থাম্বী মৈনা ঙানবগুম ।১।।

দিলীপকিদি মতুংদা
তারগা নিংথৌ খিবিক্কী
মৈথু ওইরম্বা অশাওবা

রঘুনা লৈবাক ব্লায়েম্লে —
থম্মোয়দা দিলীপ হাক্কক্লা
মৈরী ওইনদি থোরক্লে ।।২।

ইন্দ্রধবজগুম্ব রঘু —
ময়ীৎ লাওনা পাঙদুনা
মচা মগুগা লোয়নননা

মাগী ফরকপ মপানবু
য়েংজরিব প্রজানা
মপুং ফানদি হরাওখি ।।৩।।

শামু তোংদুনা অমদি
রঘুনা মতম অমত্তদা
পন্থোনা পীব সিংহাসন

শামুগুম্না চৎলিবা
ফজ্বি পোৎশক অনীথক
য়েক্লবশিংগী মরৈবাক ।।৪।।

লক্ষ্মী কৌবী মহাক্লা
মাগী মশক লেপ্লিবা
ছত্রনা মরম ওইদুনা
লৈবাক ব্লায়েল পুরবা

কান্তিপুঞ্জবু উরগা
থম্বালগী মশক ওইরিবা
মশকপুদি থুপ্তুনা
মাবু সেবা তৌখিবরা ।।৫।।

## চতুর্থঃ সর্গঃ

সরস্বতী দেবীনা
বন্দীশিংগী মনাক্তা
রাহৈনা খাগৎনিঙাইদি
মতম মতম খুদিংদা
লৈরগা অর্থ লৈবা
ওইব মাবু থাগৎখি ।।৬।।

ঈকাই খুম্ননিঙাই ওইবা
কয়ানা পাল্লব পৃথ্বীনি,
মঙোন্দদি কনা মনা
মশুনচিংব নিংথৌশিং
অতুমকপু পৃথ্বী অসি
পাল্লমদবগী মতৌনি ।।৭।।

মরাংগী মতীক চানবা
মরম অদুনা মশাক্তা
পঙইং ঈংবশু নত্তবা
লৈপাক প্রজা খিবিকী
চৈরক পীরিবা নিংথৌবি
পঙশা শাবশু নত্তবা
মলম খুংশিংকি মতৌগুম
পুক্নীংবু লায়না চিংশিনখি ।।৮।।

হৈনৌ মহৈ কংলগা
রঘু মাবু কংবদা
মপালবু রাওইদবগুম ।
দিলীপপু রাওইনখিদে ।।৯।।

নীতি শাস্ত্রবু খঙলবা
অক কত্ত কয়া কয়া
অতুমকপু মহাক্নদি
মথৈথংব অসিমদি
মীশক কয়ানা মাঙোন্দা
মুম মুমদি তাক্লম্মী ।
অহানবসিদ মরৌখি
মহাক্না শরুক ওইখিদে ।।১০।।

পৃথিবীনচিংব পোৎশক
হেল্লম্মী মতম অদুদা,
পুম্নমক অসি লোইনবা
মঙাগী মগুণ খিবিক্তো
অনৌব নিংথৌ লাকপদা,
ইনৌ ইনৌ দৌরগুমখি ।।১১।।

হরাওহল্লি হায়বদগী
শাহল্লি হায়দুনা সুমিৎকি
থাবু চন্দ্র হায়নবা
মমিং তপন কৌনবা

অচুগুম নিংথৌ অহুমু
হায়দুনা অর্থ লৈরবা—
লৈপাক্কী মপূক থুংহল্লি
রাজা রাহৈনা খঙনখি ॥১২॥

মাগী মমিৎ অনীনা
নাকোং ময়োনিং তৌবল্লি,
অকূপ মরোল তাক্লিব—
লোইরোই চুইথনা লাকপনা
অক্ক কত্ত উবদদি
শাস্ত্রগী পাম্বৈদগনি ॥১৩॥

লৈপাক মরা তপথিবনা
থম্বালনা খুদম ওইরিবী—
নীংথিনা চঙ্শিঞ্জরকখি
রঘু মাগী মকমদা
শরৎ কৌব ঋতুনা
অতোপ্প রাজ্য লক্ষ্মীগুম্ ॥১৪

চুগদব পূম্না চুথিবা—
নোংথক্কী লম্বী হাংলবা
রঘু মহাক্কী মৈথেংগা
মরম্ম য়াংলব নোংনা
খাঙেঙমদবা নুমিৎ মৈশাগা
মায়কৈ শীনখি থোঙকমপুম্না ॥১৫॥

ইন্দ্রধনুবু ইন্দ্রনা
থাখি অনীমক প্রজাগী
জয়ধনুবু রঘুনা
কায়বা তৌননবগী ॥১৬॥

শরৎ ঋতু মহাক্কী—
তুম্নৌ মপাল কৌবনা
থম্বাল 'ঙৌব মাল্লিবা
চামরবু উরগা
রঘু ফিদম লৌথরে,
শেকপিলদি অঙৌব থম্বালনি,
ওইবনি চামর মহাক্কা।
মহক্কী শেকপিলবু য়েংলগা
তুম্নৌগী মপালবু মাল্লিবা—
ফজ্বিবদি নত্তে ফজবা ॥১৭॥

মায়থোং তরুব রদুদা
মমিৎ প্যাল্লিব থিংক্কা
মঙাল মক্তুব থাজদা
পেনবগী মহাও মায়মখি ॥১৮॥

কাণ্ডগী পরেং পরেংদা থবো শাৎলিব ঈশিংদা—
ম্মাগী কজব মীংচৎকি তাখিবরা সম্পুং অদো ॥১৯॥

চু'রুম লৌ'রুমদা কমতুনা চু-লৌ ঙাক্লিবী মুপীনা।
অহল নহা পুম্নমক্লা শোাম্নিংবা মীংচৎপু শোনখি ॥২০॥

শক্তি চাউব অগস্ত্যানা থোক্লকপদগী ঈশিংনা
তরু তরুনা লৈথরে, মতীক চাউরব রঘুনা
থোক্লকপদগী য়েরুব পুক্নীংনচিংনরতুনা
মায়খিগদ্রা খনখরে ঈমক ঈমক্তি মকথরে ॥২১॥

ভুরেল চাংজোদ্য চীক্কেগবা নাপনব ষণ লাবনা।
রঘু মাগী মথোনাগী মতৌ তম্নমী হরাওনা ॥২২॥

শামুগী মশাদে তারকপা মচুমগী মনম নম্লিবা
সপ্তপর্ণ পাম্বীশিংগী মপালগী মনম্না ঙাউববা
শামু খিবিক্লা রঘুগী শীরূনবগী মতাপুম্না
মকম তরেংতগী মশাগী শীম্নহল্লখি মচুম্মু ॥২৩॥

য়ৌরক্লবদা মহাক্লা লক্ষ্মীগী লৈখোম কংলিবা
অসিগুম্ব শরৎ ঋতুনা মাহুদা উৎসাহ শক্তিগী
দণ্ড যাত্রা তৌননবা রঘুগী পুক্নীং খোগৎলি ॥২৪॥

শগোল শামু খিবিক্নী * নীরাজনাগী থবক্তা
হোমবু নীংখিন কৎখুঝা অগ্নিদেবনা য়েৎওইনা
মৈঙ্গী শারব মথুৎনা জয়বু পীখি রঘুদা ॥২৫॥

* নীরাজনা=শগোল শামুনচিংবগী পূজা মথল অমা।

লৈ·কম লানবন মহাক্কী—
তেঙ্গোলনা মতুঙদা ভাক্লিবা
মহারাজ রঘু'দুনা
পুন্নুনা মায়কৈ থিবিকপু
লোম্নথুপ্নদি লৈরিবা
অফব নোংক্নম পু'রিবা
মথল তরুক্কা তেঙ্গোলবু
ভম্লিংলদুনা খোঙশানখি ॥২৬॥

চহীদা অহল ওইরবী
কবোক অফাব ম'পবু
ক্ষীর সমুদ্রে ঈথক্না
মন্দীর চীংনা হুমলকপা
মুপীশিংনা লৈমকোনগী
রঘুগী থক্তা চাইথখি।
বিষ্ণুদে গী মথক্ত—
ঈরীকপু চাইথখিবগুম্ ॥২৭।

ইন্দ্র গাল্লব রঘুনা
নোন্নব ফিরাল থিবিন্না
য়েহৎ তুহৎকে মতোগুম
মালংবতু ইন্নবনা
য়েক্ক কল্লকপ খিবিকপু
নোংপোক্তা হান্ন খোঙশানখি ॥২৮॥

দোলাইদগী হৌরকপা
মচুদা মথোদা 'মরমদা
থকল·বু লৈমায় শেম্বগুম
উকুলগী মপৈ খিবিক্না—
নোঙ্গ পাঙ্গকপ শামুনা
লৈমাইবু থকুলম শেম্বগুম্ ॥২৯॥

মঙীক্ক মাঙদা থ'দুনা
উফুলনা তুংঈদুনা
তুংইন্নন। শক্কক মরী
তুংদা তেঙ্গোলনা লাউদুনা—
শগোল শামু দোলাইনা
শুবগুম তেঙ্গোল খোঙশানখি।৩০

শক্তি চাউরব রঘুনা
ঈশিংগী মমল ওইহনখি,
ঈশিং লৈতব মফম্বু
তুরেল হিনা লানগদবা

মক্ষম চানা থরুফম | শেয়্গা লাম্মীশিংতুনা
পানমনাবু কোন্দুনা | য়েরুব মীংচৎক লোয়ননা
য়ুবিনা শেম্বমদ্যবু | মপুক তানা থরুম্মী ।৪২।

ধর্ম্ম কায়দনা য়েরুব | জয় তৌব রঘুনা
ক্ষারগা থাদোকপিরম্ব | কলিঙ্গদেশনিংথৌগী
ক্ষজব মীচত্ত মরৌথি | নত্তে লৈবাক লৌবদি ।।৪৩।।

লোই চল্লগা নো পোকপূ | মহৈ পাল্লিবা ক্কানা
প'রং পরেং হৌ'রবা | সমুদ্র তোর্ব্বান্দা চঙ্না
অগস্ত্যনা ভা'ক্ল। | ম'য়কৈ পাংনা রঘুনা
মক্ষম'ডুগী নিংথৌবু | লোইচনগে খনদুনা চৎখরে ৪৪।

কাবেরী কোবী তুরেলদা | রঘুগী অচৌব তেঙ্গোলনা
ওৎলক নৈরকপ মত্তমদা | শামুগী তারকপ মচুম্ম।
তুরেল ক্ষডুগী ঈশিংদু | ওন্থোক্ল মনম মুংশিখি ।।৪৫।।

লোইবু চংগে রাথলনা | লাক্লিবরঘু মহাক্কী—
তেঙ্গোল লাম্মী থিবিক্ল। | মরীচগী বন অতুদা
কোইনা পায়রিব * হারীতনা— | মক্ষম অতুপ' লৈরিবা
মলয় পর্বতগী নক্লবা | মক্ষম অতুদা লৈরম্মী ।।৪৬।।

শগোল থুজিন্না নৈরম্ব | এপা কোরব লত্তাগী
মহৈগী নৈরিক খিক্লা | পাইখৎলগা অতিয়াদা
শামুগী মনম নুংশিপা | চ'য়রুংদদি নপথরে ।৪৭।

* হারীত=লম্থুনু মথল অম।

চন্দন পাম্বীশিং অতুদা
খুরো থোরী থৎলিবা
পুল্লিবা থোরী অতুদি

থা মায়কৈসিদদি
অচিংগুম্ব মায়কৈ অসিদা
পাণ্ড্য লৈপাক্কী নিংথৌনা

পাণ্ডুদেশগী নিংথৌনা
শম্লরব সমুদ্রগী
মশা মশাগী মিংচৎকুম

মথৌনা থাজমদবরঘুবা
মাগী মখাদা থল্লিবা
থাগ খাম্লনা লৈরিবা
চীংঙ্গাও অনীতুদা লৈরমলে,
সমুদ্রগা যাম্না নাপ্নবা
নীংজোলগুম্না লৈরিবা

নোংচুপ লোইচনগে খন্দুনা
সহ্য চীংয়া য়োরক্লে,
তকথোকখিবা সমুদ্র

কিবনা লৈতেং থারবী
তেঙ্গোল' উফুলনা কুঙ্কুমগী
লিম্না য়েংক্কমগী মখাদা
শামুশিংগী মঙক্কা
নাম্থোকপদি ওনখিদে ॥৪৮॥

মুমিংকি মৈশাস্থ শোনবনি
রঘু মাগী মৈশাবু
খঙবদদি ওনখিদে ॥৪৯॥

তাম্রপর্ণী তুরেলগা
অথোয়ব মুক্তাবু রঘুদা
খুরুমজুনা কৎচখি ॥৫০॥

চন্দন পাম্বী মক্তনা
থা থংব মায়কৈগী
মলয় দর্দুর কৌরবা
অতুগী তুংদা মহাক্না
পৃথিবীগী কীরৈ কোমলবা
সহ্যপর্বতদা চত্থরে ॥৫১।৫২॥

চৎলিব রঘূ তেঙ্কোলনা
পরশুরামগী খুৎলাইনা
মপথিমাল্লে সহ্য চীংগো ॥৫৩॥

কেরল মুপীগী মশমদা
মহুৎ ওইনদি শীনথয়ে ॥৫৪॥

লায়না লাম্নিঙাই ওইহনখি,
উপাল রাপালদি হৌদবা

উমং রামং পুম্নমকপু
অকোকপ মকম ওইহনখি ।।৩১।।

নোংপোক সমুদ্র পাংলকপা
চিংডুনা যাত্রা তৌরক্লে
গঙ্গাবু ভগীরথনা

তেঙ্গোল অচৌববু মহাক্না (রঘুনা)
শিবজটাদৈ তারকপী
চিংডুনা পুরকখিবগুম ।।৩২।।

মহৈ মরোংস্তু হেকখ্রবা
করুব উপাল খিবিক্লা
মকম লৌথোকপিরবা
নিংথোগী কাওলুপ অদুনা

অপাল মরক্তু ফুরুবা
শাম্নগী লম্বী শেংবক্ল
মথরায়বস্তু হাৎলবা
রঘুনা লম্বী শেংদোকখি ।।৩৩।।

জয় ওইগনব রঘুনা
কোনাগী বননা শংলবা

নোংপোক্কী লৈপাক হেন্দোক্লে
সমুদ্র মনাক য়ৌরক্লে ।।৩৪।।

মকোক হায়গৎপা কাওবুবু
রঘুগী মকম 'ডুংগী
তুরেল।। অকনব ঈচেন্দ
লীগী লীচৎ তাংকডুনা

মরু কংনদি ফুক্লিবা—
শুক্ল লৈবক্লা নিংথৌনা
লীগী পাম্বীনা তৌবগুম
মথরায়দবু কল্লখি ।।৩৫।।

হিনা লাম্লেংনল্লিংবা—
গঙ্গা ঈচেল মপুংদা

বঙ্গনিংথৌ গুম্নগা ।
জয়স্তম্ভ য়ুংলম্মি ।।৩৬।।

বঙ্গনিংথৌ পুম্নমক্লা
চংজমক্তুনা খুরুমজে

রঘুগী অথোও খম্বালদা
মথোক খিবিক অজুরু

মকম হস্তিবহনবিরম্মি, অমদগী ফুরুক্তুনা
মকম অমদা লিংখ্রবা কলম হায়বা ফৌগুম্না
লল্লা থুম্না মখোয়না পুকৈ লনগৈ খলহনখি। ৩৭॥

শামী লাণ্মী খিবিরা কপিশা কোবী তুরেলবু
শামুগী পম্না লাল্লগা উৎকল দেশগী নিংথৌনা
তাকপলম্বী ইন্দুনা কলিঙ্গ তম্না চঙশিন্খে। ৩৮॥

* গম্ভীরবেদী শামুগী মকেক্তা থোরব কাটীবু
সারথিনা থাবগুম মহেন্দ্র পর্বতকী মতোন্দা
খাঙঙমদব প্রতাপপু মহাক্না হাপচিনবিরম্মি। ৩৯॥

শামু যাম্না লোইরিব কলিঙ্গ দেশকী নিংথৌনা
খুংলাই কয়া লোয়ননা রঘু তম্না চংশিনখি।
মশা ককে থৌরাংলিবা ইন্দ্রদা চীংনা তৌবগুম। ৪০॥

মহেন্দ্রচীংজাওদা রঘুনা য়েক্নবনিংথৌগা থেংনরে
মখোয়গী তেনবী নোংজুং খাঙলগা মতম খরদং
জয়শ্রীবু ফংজখরে মঙ্গল স্নান তৌখিবগুম। ৪১॥

* চীরকালেন যো বেত্তি শিক্ষাং পরিচিতামপি।
গম্ভীরবেদী বিজ্ঞেয়ঃ সগজো গজবেদিভিঃ॥

খত্নিববু মতম কুইনা কাউননা লৈবা শামু অদুবু শামুগী মরমদা অখঙবশিংনা গম্ভীরবেদী কোই হায়রি।।

মুরলা তুরেলগী সুংশিংনা
রঘুগী লান্মী থিথিক্নী
* পটবাসমুক্ত ওইখরে

হয়কপ কেতকী লৈরিক্না
মশাদা লীংশ কুম্থিংকী
শেমজুন কোকপদি মতুবা ॥৫৫॥

চৎলিব পগোলশিংতুগী
কবচ থিথিক অচুনা
+ রাজতালী বনশিংগী

মশাদা জ্যাও জ্যাও লাউরবা
সুংশিংকি চৈথেং কংলবা
মখোল অদু ঙৈহৎথি ॥৫৬॥

↑ খর্জুরীগী উকাদা
তারকপ মচুম্মা সুংশিবা
খোইমুশিংনা তোংলরে

পুন্নিবশামুশিংতুগী
চায়রূং মতা কবদা
নাগকেশর থাদোক্লে ॥৫৭॥

রামনা নিজরুরগা
কৎচথিবনি মকন্থ
মনুঙদা লৈবলৈপাক্কী—
মতৌ শাদুনা লোইপোৎপু

সমুদ্রনা মঙোন্দা—
রঘুদগি মহাক্না—
নিংথৌশিংগী লোইপোৎকি
কৎচথিবনি মমাঙৈঙ ॥৫৮॥

মচুম তারর শামুগী
অকনবগী খুদম ওইনা
জয়স্তম্ভ অরাঙবা

ময়ানা থিন্নাইরম্লবা
লৈব ত্রিকূট চীংজাওবু
শেম্লম্মী রঘু নিংথৌনা ॥৫৯

* পটবাস—কি মনম সুংশিনবা মনম সুংশিবা পোৎশক।
+ রাজতালী—ক্য পাম্বী।
↑ খর্জুরী—থাংতুপ পাম্বী।

যোগধর্ম্ম চৎলিব মুনি ঋষিশিং'তুনা
ইন্দ্রিয় কৌব য়েরুব তত্ত্বজ্ঞাননা ঙম্বগুম
পারস্য নিংথৌ ঙম্নিংনা খোঙলম্বী চৎখি রঘুনা ॥৬০॥

যবনীস্থ মমায় থম্বালগী মদ্যনা ঙাংলকপ মতৌবু
রঘুনা খাঙবদা রারম্মী মতম চাদব নোংজুনা
থম্বালগী মকম অতুদা অয়ুক্কী নুংশাবু খাঙদবগুম ॥৬১॥

শগোলতনা মথোয়গী লানপোৎ অখোইব ওইরিবা
যবনশিংগী লান্মীগা লীরুং মথে'ন্দং তাবনা
মাগী মনুংদা লৈরিবা লাণ্মীবু লৈরে থঙনবা
অতুগুম্ব উফুল ঃরক্লা রঘু লান্থেংনরম্মী ॥৬২॥

ভল্ল কৌব তেনথন্না ককপা মকোয় চোমলবা
হয়িংখোইন থল্লবা খোইরা মপৈগুমলবা
যবন মকোক মক্তনা শ া ে ু শ াায় থু ন ৬৩॥

হাৎপদগী লেমহৌবা কাঙবু মখোয় অতুনা
কোক্কা লুহুপ লৌথোকখি রঘু অতুদা চঙলখি
খুরুম্বতনা মকোকই পৃকচেল চাউবগী অশাউবা ॥৬৪॥

রঘুগী লান্মী খিবিক্কা শরু্ল্লেম্নদি কুপ্লবা।
দ্রাক্ষানা কোয়ব মঙমদা অরাবা কোকখি মদ্যনা ॥৬৫।

মতুঙ অতুদা রঘুনা অরাং মায়কৈগী নিংথৌবু
লোইবু চল্লগে থন্দুনা কুবেরনকোনব মায়কৈদা

চৎথে, কোরৌ হনবনা
ঈশিং চিঙথৎকে হাংহুনা
মহক্কী মঙাল মক্তনা
ওরাং মায়কৈদা পাঙবগুম ।৬৬।।

সিন্ধু তুরেলগী মপান্দা
চোকথব পূন্নমক কোক্লবা
কুঙ্কুম মরীক পক্লবা
মশা নোইবদা অরাবা
রঘু* শগোল পূন্নমক
মশা অতু নিকখিরম্মী ।।৬৭।।

অরাং মায়কৈ অতুদা—
মথোনা ফুদোকল্লবা—
ক্ষত্রিয় হূণ জাতিগী—
লৈমশিংগী মমায় মমীৎ
মথোয়গী মপুরোইবদা—
রঘু মাগী মতৌশিংদো—
লৈংকোন্দবু লৈরিবী –
ঙাঙহন্নব মরুম ওইখি ।।৬৮।।

নিংথৌশিংন কাম্বোজগী
থাঙদা চুক্তুনা
* অঙ্কোট পাম্বীশিংগা
শক্তি অতুবু - রঘুগী
শামু পুন্দুনা নৈহৎপা
লোয়নন মকোক নোঞ্জখি ।।৬৯।।

কাম্বোজগী শগোলনা
মপৈ ওইরবা খুদোম্মা
অতৎপ লৈতনা চঙগরে
মপূং ওইরবা সনাগী
কেসল লৈপাক্কী নিংথৌদা +
চখিরমদে নাপন্নদি ।।৭০।।

মতুঙদা শগোল তোংতুনা
শগোল খুজিম্মা হোংখিব
মাগী মতোনশিংদুবু
রঘু কাখি হিমালয় ।
ধাতুশিংগী মকুপ্পা
হেম্ম রাংহনগে মতাঙুম ।৭১।।

---

* অঙ্কোট = আখরোট হায়রগা খঙনবা উ মথক অমা ।
+ কোসল লৈপাক্কী নিংথৌ = রঘু ।

মাগী গুহাদা লৈরিবা— নোংশাশিংদুনা কনবদি
রঘুগী তেঙ্গোলশিংদুগী মপাঙ্গলগুম কনবনি।
তেঙ্গোলশিংগী নিল্লকপা খোঙ্গেল অদুবু তারগা—
লৈদুনা লেংবা মিংথগ্রেদু অথুকপা মঙ্গৌ রাওরমদ ।।৭২।।

ভূর্জ্জপত্রশিং অদুদা রাই রাই মখোল থোকহনবা
কীচক হায়বা রাশিংদা— মিরব মখোল থোকহনবা
গঙ্গাগী ঈরীক পুরিবা নুংশিংনা রঘু থৌগলখি ।।৭৩।।

মাগী তেঙ্গোল পুম্নমক নংরূপান্দীগী মরুমদা
কৃস্নিব মৃগনাভিগী মনম থক্কা নম্লবা—
সুগুপাক থক্কা ফমদুনা অরা পোথানরম্মী ।।৭৪।।

সরল পাম্বীগী মশাদা কিদুনদি থমলম্বা
শামুশিংগী মগুক্কা থাংলিবা য়োহ্লিং পুম্নমক
মুদুদা মঙ্গাল তারিবা উরী মথল্লু কয়ানা—
অহীংগী মতমদা রঘুগী থাউ তিংদবা থাউমৈ ওইরম্মী ।।৭৫।।

রঘুনা হুন্দোক্লমলবা লানশং থিরিক্লা মগুক্কী
থৌরীনা মকুহুরবা দেবদারুগী কাণ্ডলুম্না
বনচরগী মকমদা শামু মরেপ অরম্মী ।।৭৬।।

হিমালয়দা চৌংমীশিংগা ভিন্দিপালগা ফেকগা
মুঙ্গা তকথায়নরম্মী মৈহৌবা লান চম ওইরম্মী ।।৭৭।।

উৎসব সঙ্কেত কৌরবা চৌংমী কাঙলুপ কয়াবু
হেন্না জংবু ভৌরন্না কিন্নর কাঙলুপ অদুদা
মপান্থোমগী জয়বু তাকপা য়ারেংবু মানা শকইহনখি ।।৭৮।

মখোয় অদুনা মথুত্তা খুদোল পোৎপু পায়থরে।
হিমালয় রঘু অনীনা মহৈ মহৈ * সায় খঙনখি ৭৯।

হিমালয়দা মহাক্না— কনানা মুখৎপঙমদবা
মিংচৎ উরোং খিংম্নগা রাবণনা পাঙ্গৎলমলবা—
কৈলাসদা ঈকায় পীবগুম কুমথখিরম্মী মঙোন্নৈ ।।৮০।।

মানা লৌহিত্যনদীবু লানখ্রবগী মতুঙদা—
কামরূপগী নিংথৌনা রঘুগী শামু পুন্নিবা—
কালাগুরু পাম্বীগা লোয়ননা নীকুমিন্নরম্মী ।।৮১।।

কামরূপগী নিংথৌনা সুমিৎপুদি কুপ্লবা
তত্তবা নোংজু নত্তনা দুর্দিনবু ওইহনবা
রঘু মাগী দোলাইগী লম্বীদগী হৌরকপা
উফুলবু খাঙুম্দবদা তেঙ্গোলবু কৈদগী খাঙনি ।।৮২।।

কামরূপগী নিংথৌনা ইন্দ্রদগী হেন্না কন্নবা
রঘু মাগী মকমদুদা চায়রুংদা মচুম তারবা
শামু কয়ামুক কত্তুনা চঙজররে, শামুশিং

* সায়=লন অমসুং পাঙ্গল

অতুমক্তি রঘু নত্তবা
মখোয় অতুমক্তনা
নিংথৌ কয়ামরুম্বুদি
ঈরায় লায়ন থিখিবা ॥৮৩॥

কামরূপেশ্বরনা
অধিষ্ঠাত্রী ওইরিবী—
সনা খুদাবু শীল্লিবী—
মশক ওইব লৈরাংবা
সিংহাসনগী সনাগী
রঘুগী মখোঙ অনীগী
কান্তি অতুদা রত্নগী
পূজামক্তবু কৎচখি

মতৌ অমুম্বা রঘুনা
দোলাইগী উকুল থিবিকপু
খন্দ্রবা লুহুপশিংডুদা
মায়কৈ পূম্নমক ঙমলগা
নিংথৌ শিংগী ছেকপিলদি
পকহল্লমলগা চৎখরে ॥৮৫॥

মহাত্মা মতুঙ্ অতুদা
দক্ষিণাদি ওইগদবা
তৌখিবদি মতীকচাবনি,
নোংগী মতৌগুমদুনা
লৈজবা মরল থিবিক্লা
বিশ্বজিৎ হায়ব যজ্ঞবু
সাধুশিংনা লন তানবদি
কৎনবনি মকমচাবদা ॥৮৬॥

পুকচেল থোয়জেল ভিন্নবা
রঘু নিংথৌ মহাত্মা
কুইন কান্নথিবনা
অতুগুম্ব নিংথৌখিবীকপু
ঈকায় খুংশি পূম্নমক
কোকহনবিরে হায়রগা
মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা
মখোয় মখোয়গী লৈমশিংবু
থৌরাংহনখিবা পূক্লিংদা
মতীকচাব পূজানা
মায়থিবদগী কণ্ডখিবা
মরৈবাক হন্নবা তাকপিখি ॥৮৭॥

ধ্বজ বজ্রছত্রগী রেখা নীংথিবপল্লবা
মথৌজান্দন কঙ্গদবা রঘুগী চরণ অনীবু
চংলমদাইগী মতমদা থুরুনজবদা মকোক্তা
শিবলৈরাংগী পরেংদৈ খোঙজাদা তাব লৈরিক্না
শাঙ্গরকপ লৈহিনা ঙোরোক ঙোরোক ঙোহলথি ॥৮৮॥

চতুর্থ সর্গ লোইরে।



# পঞ্চমঃ সর্গঃ

বিশ্বজিৎ কৌবু যজ্ঞদা
মথাক থমদন কৎখ্রবা
মহৈ-মশীং তমজখ্রবা
কৌৎস ঋষিনা চঙজখি,
লৈজব মরল পুন্নমক
রঘু মাপী মকাংচুদা
শিষ্য বরতন্তুগী
গুরু দক্ষিণানিনব ।।১।।

কজব লমচৎতা কাওররা
অতিথি সেবা পামজবা
সনাগী পাত্র লোইখিব
পৃজাগী পোৎলম হাপ্তুনা
পূন্নমক্তগী হেল্লবা
রঘু কৌব নিংথৌন
মরম্না লৈপাক্কী পাত্রদা
কৌৎস মমাঙদা চঙলকখি ।।২

শাস্ত্রগী রায়েল খঙলবা—
পূন্নমক্তগী মকোক থোংলিবা
লৈপাক্কী মপু অদুনা
মুনিবু বিধি কায়দনা—
মনাক্তা মখুৎ লোম্লনা
মীনা ঈকায়খুম্নবা
থৌরম মশক খঙলবা—
কম্লকমদা কম্লিবা
ঈরাৎ পূজাবু কৎলগা—
লেপ্তুনা রা হায়জখি ।।৩।।

হে বুদ্ধিমচীনতুম্বা ম্চ১
নহাক্কী গুরুদেবনা
গুরু মহাক'তুদগী
কংজখিব্রনি নহাক্না
মুমিৎ কোরৌহনবদগী
ঋষিরক্তগী অথোরবা।
তেক্তকায়দনা লৈরিকো ?
জ্ঞান পূন্নমক অদুবু
তাইবং পানবথিবিক্না
পুক্রীং লৌশিং কংবগুম ।।৪।।

ইন্দ্রগী পূরীং লাঙহনব
তৎতব তপতো মুনিগুম্ব;
হকচাংগী চিনগী পূরীংগী
অকায় অতোয়দি লৈতেকো ॥৫॥

আলুবায় শেম্বনা
মচাগা পাণ্ডখক ওইনবু
অয় অনাবু কোকপিবা
মুংশিৎনচিংব থিবিরা
চিংবা উপায় কয়ানা
য়োকখিবা, অমসুং মীশিংগী
আশ্রমগী উপাল খিবিক্তো
মাঙবতাবদি তৌদেকো ? ॥৬॥

মখোয়বু লুন তৌবনা
মুনিগী তম্পাক মথক্তা
অজিশিংগী মচাশিং
কুশথক্তা পোকখিবদো
নীংজব থিবিক কায়দবা
মখোয়রীদি কেনখ্রবা—
যজ্ঞ যাগগী থমলিবা
অয়া অনা কংদেনকো ? ॥৭॥

মুমিৎ মুমিৎ খুদিংগী
পাণ্ডথোকহল্লিব মখোয়না,
তর্পণবুদি তৌরিবা,—
অতাব খুনব কৌশিংগী
পৈতুনা থমলিবা, তীর্থগী
স্নানক্রিয়ানচিংববু
কনখৎলগা পিতৃশিংগী—
মপান অদুদা মখোয়গী
তরুকশুব ফৌ-বৈনা
ঈশিংশিংদু শোয়দ্রিকো ? ॥৮॥

মতম চানা লাক্লবা
বনদা পোকপা, হকচাংগী
রাইনুচরানচিংবদো
ফৌ-চেং হরাইব্ ( [illegible]
চিংলবা শাগী মপেনা
অতিথিগী শরুক য়াওবা
য়োক্লব মচাক ওইরিবা
খুস্তোপ্তগী লাক্লবা—
হৈনবা যগ ঈরোইনা
চাহুনা মাঙহনখিদরা ? ॥৯॥

য়াম্না পেনবগা লোয়ননা
ব্রহ্মচর্য্য বানপ্রস্থ
মতেং পী'রিব গার্হস্থ্য—
নহাকপু আশ্রম অদুদা
তম্বিরগা গুরুনা নহাকপু
যতিকোব আশ্রমশিংগী
আশ্রমদা চঙ্ব য়ারবা
চঙ্নব য়াথং পী'বিদ্রি ? ॥১০॥

চুম্নগী লেঙ্খিরকপসিনদি
ঙাকচনীঙিঙ তাকপীব নয়াথং
নরনাই নশাগী ওইনা ঐবু
পেঞ্জবদি নত্তে পুক্নীং'সে
গুরুগী য়াথং পুডুনা নত্রগা
শেংবিগে হায়না লেঙবিরকপনি ॥১১

লৈজব মরল পূংতেং তেং
কপোকচথুর্বন হায়নসি
ঋষিনা থঙ্গাব বঘুগী
তারগ কৌৎস ঋ'ষিনা
পূক্নীং হঙ্গান্দুনা
বিশ্বজিৎ কৌব যজ্ঞদা
অর্ঘ্যপাত্রদু উ'দা
পূচেল চাউব তাকপ রাইহে
পাঙথোক্কে নীংব মখোদা
রঘু য়েডুনা হায়রম্মী ১২॥

মরম খুদিংমক ঐগে'রগী
মপু নঙনা লৈবিরৈডদা
মুমিৎনা থোক্লিরৈডেদবু
শোয়দে ঙামদে থঙবিগনি
প্রজা'গী অমাঙবা কৈদগা ?
অমঙ্গনবু কৈদৌনি ? ॥১৩॥

পুজা তৌকম থোকপদা
বংশগী হৈনরকপনি
নঙনা থোয়দোক্লিবদি
মতম চাদনা ঐহাক্না—
য়ৌগরকপনি নকাদা
ভক্তি তৌব ঙায়বদি
থক্কী মীবোলজিংদগী
ভক্তি অসিমক্তমান
নিংসগে ঙায়ব বাংমা
অসিগা দমকং ঙাক্ষনি ॥১৪।

মতীক চাব মক্কমদা
নশামক্তা মঙায়রে.
মহৈ মহৈ লে'কথ্রনা
ব্রাইত্ত চরা পান্দোংগী

নৈজবনরল কৎচথে্র
বনদা নৈব মুনিনা
মহৈগক্তা ঙায়রবা
মতো'গুম্মী মগারাজ! ।১৫।।

পৃথিবীগী অমত্তা
থাকচব নৈতনা যজ্ঞদা
ব্রারে নংলে হায়বসি
হেন্না থাগৎচনিংঙ ইনি
লাইনা থকথ্রবথাজগী

ঙায়র মপূ ওইরবস্থ
কংথোকখিবগী মরম্না
ব্রাত্তপাদমক্তদগী
মথং মথং শীলোন শীঞ্জিল
কলানা ময়েং তাবগুম্ ।।১৬।।

অতোপ্প মরম অমগী
অতৈ দাতা অমদগী
ফংনব হোৎ•রুরগে.
লাইজ ঈরীক চেন্দ্রবা
নোঙ্গৌবী কোবী চেক্লানা

ল'কপ নত্তে ঐহাক্তি
গুরুদা কৎনবদক্ষিণ
য়াইফরকথে মহারাজ!
শরৎঋতুগী নোং'তুদা
লাইজ ঈশিং নীদবনি ।।১৭।।

ব্রাহৈ অসি হায়রগা
মহর্ষিশিষ্য কৌৎসবু
মুনি নঙন গুরুদা
কয়ামরুমদি য়াম্বো।

পোঙশাল্লগে নীংলিবা
নিংথো অতুন থাম্লগা
কৎকদব পোৎশক করিনো?
হায়তুনতুম হ'ল্মী ।।১৮।।

মতু: অত্তুদা চপ্চানা
নাপলরাগল পক্তবা
ব্রহ্ম র্য্যনচিংব আশ্রমগী
ব্রহ্মচারী: কৌৎসনা

যজ্ঞবুদি ভৌখিবা
ব্রাহ্মণনচিংব জাতিগী
নিয়ম পীবিব রঘুদা
অরেপ্প রাকম হায়জখি ।।১৯।

বিদ্যা মতোল লোয়বদা গুরুদক্ষিণা কৎচগে
অংঙুংদি তাকপীয়ু হঙ্গৎচরুই গুরুদা।
মতম কুইনা কায়দনা ঐনা তৌজব ভক্তিনা
পেল্লবনি ঐহ'ক্তি হায়না তাকপীখি গুরুনা ॥২০॥

হায়জমল্লবদা গুরুনা তাকপীরক্লে শাউহ্নুনা
তমজখিববিদ্যাগী মশীংগী মতুং ইন্দুনা
সনাতাঙ্গ কোটিতরা মরীদি কৎলু তাকপীরে ॥২১॥

নহাক্কী অর্ঘ্য পাত্রসি উৎদা ঐনা নহাকপু
নিংথৌনি হায়বদ মঙ্গায়রে হায়বসি মুম্না খঙজরে।
বিদ্যাগী মমলনা য়াম্মনবনা কম্না হায়বদি হায়নিংদে ॥২২॥

থাজগী মঙাল পুরিবা নত্ত লমচৎ খিবিক্তগী
পৃক্কীং রাখল কারিব। লৈপাক মপু রঘুনা
ব্রাহ্মণগী ৱাহৈ তায়গা মঙোন্দা হম্না হায়রকই ॥২৩॥

বিদ্যা মপূং ফারবা গুরুদক্ষিণা নীংঙিবা—
ব্রাহ্মণনা নীংবতু ফঙথিদে রঘু মাগী মফমদগী
অথী মীংচৎ অসিদদি খোক্তসন্তু ঐঙোন্দা ॥২৪।

ব্রাহ্মণ নঙনা ঐহাক্কী অথোইব মৈশঙ্ অসিদা
মুমিৎ শীংবুম শীনিদং হুম্নিদংদি লৈখিখো
মরিশুব মৈগুম্না মসিগী মসুঙদা ঐনা
ব্রহ্মণগী নীংব থুংনবা হোৎনজগে ভস্বমথৈ ॥২৫॥

পেনবিরঁতুনা ব্রাহ্মণনা
ফরে হায়নর্দি য়াবিখ্রে
দিগ্‌বিজয়গী মতমদা
কুবেরদগীদুম লোরগে

মাগী শোয়দব ব্রাশকপু
পৃথিবীগী মরল্লদি
খোমদুনা লোইখ্রে খল্লুনা
হায়বরাখল তৌখরে ॥২৬।

বশিষ্ঠ মন্ত্র শোল্লগা
পোক্লকপ মন্ত্রশক্তিনা
মতৌগুম্বরর্থ'ঙুনা
মহাক্রা চৎ'নিংব চৎপদা

ঈশিংন হেক খিকপদা
নুংশিৎকি মরূপ নোঙ্গা—
অতিয়া চীঙ সমুদ্রদা
অপমব করিস্তু লৈখিদে ।২৭।

য়াচঙব মতমদা রঘু্না
মনুঙদা লোইন হাপ্লিগা
চুম্বর্গী নিংখৌ অমনি
মপূ ওইব কুবেরবু

খুৎস্তু খুৎলাই পূম্বমক
দোলাই অদুদা হীপখরে।
খল্লদুনা কৈলাসগী
মপাঙ্গলনা ঙল্লিংখি ।২৮।

কৈলাস পাংনা অয়ুক্তা
কুবেরগী ল'ৈগ শঙলিবা
রঘু্ ১হক্ক দমক
অতিয়া থক্তে সনাগী

খোঙশানগদব মতমদা
মনাইশিংনা ঙক্কুনা
মগী লনৈগ মনুঙদা
নোংচুরো হায়দোকখি ।২৯।

রঘুনা লান্দাগেদ নীংবদা
সনক্কীংগী বজ্রনা—
ঙাল্লব সনা পূম্বমক

কুবেরদগী ফংলবা
ককপ চীংশা নাপোমগুম্
কোৎসখ্রিদা কখোকখি ।৩০।

'নীবস্তু পীবস্তু 'নীমক
থাগৎচনিঙাই ওইরম্মী,
গুরুদা কৎনবদগী
রঘু কৌব নিপাসু
অযোধ্যা প্রজা খিবিক্না—
অনীব মহাক অতুনা
হেন্না পামদবা নিপানি,
নীবদগী হেন্না পীবনি ॥৩১॥

লেল্লব কৌংসনা 'তুঙদা
* উষ্ট্র বামী চামনা
মকোক নোল্লিব রঘুবু
খোঙশাল্লমদাইগী মতমদা
ব্রাহ্মণ মরল থিল্লিবা
খুৎনা নান্দুনা হায়রকই ॥৩২॥

নিংথৌগী হৌনলমচংপু
মকমদা মালেম লৈমনা
করি করিঙাই ওইবগে ?
স্বর্গদগীসু অপাম্ব
কায়দন চংলিবনিংথৌগী
অপাম লনগৈ ওইবদা
নঙী নতীক অঙকপনি
কৌবঙম্বনি নহাক্তি । ৩৩॥

অকনুঙগাই খিবিকপু
নচানিপা নত্তনা
হঙ্গিনবদা মথোকই,
অপোকপন ফংবগুম
নচানিপা অমবু
পুল্লপ ফ লব নহাক্না
অতৈ ফঙে তানবদি
থাগৎনিঙাই ওইব লঙবু
নঙা নগুণ মান্নবা
ফংজরোকো মহারাজ ! ।৩৪।

মতৌ অসুম্ন ব্রহ্মণনা
গুরুগী নাক্তা যৌজখ্রে,
আশীর্বাদ পীরগা—
রঘু হায়ব নিংথৌসু

---

* উষ্ট্র = উট্। বামী = শগোল অমোম্।

মচানিপা অমবু ঋষি কৃপানা কংজখি
সুমিত্তগী মঙালবু তাইবংপাননা কংবগুম্ ।৩৫।।

রঘুগী মহারাণীনা ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত মতমদা
কার্ত্তিকেয়গ মান্নবা মচানিপা'মা পোকচখি।
মরম অদুনা মপানা ব্রহ্মাগী মমীং লৌদুনা
মচানিপা অদুবু অজ হায়না মীংথোনখি ।।৩৬।।

কনবদা অমসুং থৌবদা মশক্তা অমসুং মতৌদা
মাবু পোকপ রঘুগী পূমহুক হুকপ মচানি।—
মরম অদুনা মহাক্তো মপাগী মপাদু মঙায়খি
থাউমৈদে মৈথাঙ লৌরগা থানব থাউমৈগুম্নম্বী । ৩৭।।

হোনবী মতুঙ ইন্দুনা ওঝা গুরুশিংদগী
মহৈ-মশিং তমখ্রবা, মথোক কারকপমতম্না—
মপা লৈতনা ফজবা অজ মাগী মফমদা
পাম্নমক রাজলক্ষ্মীনা মপূক চাওবী কন্যানা
অপোকপ য়াথং ঙাইবগুম রঘুগী য়াথং ঙাইজখি ॥৩৮॥

মচল ইন্দুমতীগী স্বয়ম্বরগী অজবু
খৌরাংলব বিদর্ভ— লৈপাকী মপু ভোজনা
লৌরুরো হায়দুনা অকব দূত অমখক থারকখি ॥৩৯॥

ভোজ কৌব নিংথৌগা ঙাইশেল ওইনজবদি
লেমজনিঙায়গী মশক্তি হায়ন রাখল তৌরগা

মচাগী চহি মত্তাঙ্গু লুহোং কৈহোংব য়ারক্লে
অসিমস্থ খল্লগা তেঙ্গোল য়াওনা মচাবু
ভোজনিংথোগী চাউখৎপ— কোন্নুং তান্না থাখল্লে ॥৪০॥

নিংথৌগী মতৌক চারবা পটভবননচিংবদা
শয্যানচিংব শেল্লিব, মীরৈবাক্তে লাকপ শিংগী
খুদোল পোৎশিং অতুনা বনদা শেম্বদি নত্তবা
অজগী লমখাঙ্ লৈকনদো হৈকোল লৈকোলগা মান্নখি ।৪১

লম্বী লমশাং লাক্লবা য়ুবরাজ অজনা
ঈংলব নুংশিৎন য়ৈবদা * চিরবিল্বনা লোমলোম্বা
তোর্বান্দুদা নর্ম্মদাগী উকুলনা ঈরু উ-রাউরনা
ফিরালনা মাগী ওইরবা তেঙ্গেল অদু চঙ্গলখি ।৪২।

ঈনুংদা লুপক্তিব মহাকপু থক্তা পাইব খোইমুনা
ঈরায় লাইরদি খঙহনবা, মচুম চামখিব মরম্না
তরংব মত্তাক্করব— মচায়রুং অনীন তিল্লবা
শামু লমশা অমথক নর্ম্মদাদগী কাওগৎখি । ৪৩।

চাংগী লৈঙাং খিখিক্লা পূমকোক ওইনা কোকন্তবস্থ
থকী অমুবরেখানা মরাংবা, নুঙদা খিনবদা
খোয়রবা ময়া অনীনা রুক্ষবান্ হান্নব চাংগী
মম্নাদা য়াখিল্লুরবনি হায়বসিবু কোংদোক্ত ॥৪৪॥

* চিরবিল্ব="করঞ্জ" পাম্বী

হাইদোক হাইজিন অনীদা
খোংনা লাউন হৌরব
তোর্বান তমলকপ শামুদো
য়াওলব মন্‌'তোব অদুনা
ঈথক ঈপোম খায়দুনা
উচুক ফুরূগে মতানি ।।৪৫।।

চীওতুম মানব শামুনা
মথবারু চেন্দুনা
শামুনা হ'ম্ন রাইরম্ব—
ঈচেল অদুনা হান্ননা
* শৈবল মঞ্জরী থিবিকপু
তুরেন তোর্বান কাথরে।
ঈশিং মপৈন তিল্লবা
য়ৌথি তোর্বান অদুদা ।।৪৬।।

নায়তোম চৎপ শামুনি
ঈমুংদা ঈরায়রুবনা
মচুম তাবগী ফজবদু
য়ুমশা কয়া উনবদা
মাগী চায়রুং অনীনা
মতম মীকুপ থরদং
লেপ্ল রগা মতুঙদা
হন্ন হন্না হেনগংথি ।।৪

† সপ্তচ্ছদ পাম্বীগী
খাওওমদব মাগীমদবু
মাহুতনা লাক্লবা ওমথিদে
মুংশিব মনমচেল্লবা
নমলবা তেঙ্গোল শামুশিং
লোইন মমায় ওল্লমী ।।৪৮।।

শামূ অদুনা ঙাওবনা
শগোল শামু পুম্নমক
দোলাই পূম্নমক তেক্তুনা
মুপী নহা থিবিক্কী
মাগী লাম্মী পুম্নমক
শিবির অদুগী মমুঙদা
থৌরী তক্তুনা চেন্নথিঃ
লোংন লোংন হাইথথি
থরায় কম্নবগী
ঈকিং কিংনথি ঙাওনথি ।।৪৯।।

* শৈবল মঞ্জরী=চরাং মতোন
† সপ্তচ্ছদ—শামু য়াথিল।

শামু লমশাবু থিংথোদা
তাখিবগী মরক্তা
হায়রদুনা লীরাংবু
তেম্না অম শওরগা

হাৎহৈদে হায়বদি অজনা
মাবু হন্দোকহনখিগে
তেন্তুক তেন্তুক চিংদুনা
পুথদোনকমদা থারম্মী ॥৫০।

শামু তেম্না পানবদা
মাঙ উবদা ঙক্লবা
কোয়ন তাব মঙালগী
দিব্য মূর্ত্তি লৌথদু

শাগী শকওং থাথরে
লাপ্পীশিংনা মীৎমাঙদা
মুংদ লৈব নীংখিব
ঈকোং কোন উথরে ৫১॥

মতুঙদা মাগী শক্তিনা
লৈরাংন রঘুদা চাইরগা
রাহে অসি হায়রম্মী
থবাক্ত তাব লীকক্লাংদু

যৌরক্লব কল্লব কগী—
রাঙাং হৈরব মহাক্লা—
হাইদোকপ মাগী মঙাল্লা
ঈয়ং লংন কজখি ॥৫২॥

থ্রৈগী নাপক্ষণী মতঙ
শামু ওক্লক্লবগি অদুনা
গন্ধর্ব নিংথৌ মপাম্নি—

মুনিনা শাপবু পীখিরে—
প্রিয়দর্শন কৌরবা—
প্রিয়ম্বদ কৌই থ্রৈদি। ৫৩॥

মহর্ষি অদুগী মকমদা
মতুঙদা মুনি য়ারে
শাদবা ঈশিংনা শাবনি

থ্রৈনা নোক্লক্লা হাঁয়জরে
মৈগী মৈশা লাংবনা
মশাগীদি ঈংবনি ॥৫৪॥

ইক্ষ্বাকু শাগৈগ্না পোক্লবা
ভেন্ন হেক্তা থারকপা
নশা অসি হক্তিগৌ

অজনা নংগী নকোন্তা
মতম অদুদা নহাক্তা
অস্ত্র মুনিনা তাকপীখি। ৫৫॥

মতম কুইনগ ঐহাক্না
নঙনা ঐবু লানবিরে
পাংত্রবদি যুবরাজ
ঙাইজবক্লব পাজলবা
নঙী নতেঙ্ ঐহাক্না
ঈখুবম কংব কায়দে ।৫৬।

তোঙান তোঙানব মন্ত্রনা
সম্মোহন কৌবা ঐগী
খুংলাই অদি লৌরোসে
য়েক্লব ইহাং হাত্তুনা
পুখোক পুশিল তোংদবা
গন্ধর্বনা দেবতা ওইবা
মসিবু শীজিন্নরগা
ঙম্ববুদি শোয়দবনি ॥৫৭॥

ঐঙোন্দা খুংলাই থায়কপগী
কাপ্ন কাপ্ন ঐঙোন্দা
হায়জরিব ঐঙোন্দা
ঈকায়রুত্তুনা কায়দে ।
থৈহাক পুক্নোয় চানবিখি
লংন তমখিব তৌবিনু ॥৫৮॥

নিপারক্তগী অথোয়বা
ক্ররে হায়না য়াদুনা
ঈশিংবু আচমন তৌরগা
শাপকী শাপান্ত ফংলবা
খুংলাই হৈরব অজনা
নর্মদা তুরেলগী অশেংবা
মমায় অরাং ওন্দুনা
মাঙোন্দে খুংলাই লৌজখি ॥৫৯॥

মতৌ অমুক্কা লমথাঙদা
মকম ইখঙ খঙদনা
মথোয় অনীগী মরক্তা
লমদমতুদা য়ৌখরে
হৌনশা ওইবনা ফজবা
লাইন শীনব খুজিন্না
মরূপ মপাঙ ওইনরবা
অমনা কুবের উদ্যানগী
অমনা নিংথৌ পানবগী
বিদর্ভ লৈপাক চৎখরে ॥৬০॥

বিদর্ভ নগরগী লমদোম্বা — লৈরিব অজ মহাকপু
য়োরক্লে মপাউ তাবদা — হরাও মপুং ফারবা
বিদর্ভগী নিংথৌনা — ঈথক পুবা সমুদ্রনা
থাজ তম্বা লাকপগুম — ওক্লে লাকখি নীংথিনা ।।৬১।।

মানা মাঙদা থারগা — নোঙ্গবগী মশক ওইদুনা
পুশিল্লগা অজবু কোনুংদা — পুক্লীংদা পেনবগা লোয়ননা
লৈজব সম্পৎ কত্তুনা — অম্ভুম্বা সেবা তৌজখি ।
মাগী সেবা অতুদা — কোনুংগী মীশক পূম্বনা
থনখি অজবু য়ুম্মুনি — বিদর্ভবু নোনা লাকপনি ।।৬২।।

বিদর্ভ নিংথৌগী মনাইনা — থুরুমতুনা তাকচবা
নোংপোক থোঙ্গী থোঙজিন্দা — পূর্ণকুম্ভনা লৈরিবা
কজবা অনৌব শঙ্গায়দা — লৈখি অজ পামানবা,
মথোক কারকপ মতমদা — কামনা লৈবগী মতোগুম ।।৬৩।।

মাগী স্বয়ম্বরগীনি — হায়দুনা নিংথৌশিং লাকখিব্রা—
পাম্মিওঙাই ওইবী অথোইবী — মাবু ফংজগে নীংলিবা—
অজগী পূক্লীং থঙবদা— — শুম্দ্রবী তালোয় অমগুম
নিদ্রামা কুইনা অহীংদা — মীৎচানদুনা লৈরম্মী ।।৬৪।।

নাদ চিক্লিবা নায়িনবু — লেংজুম্বা নন্দনা তুম্লিবা
মোম্বা ক ফিদক্ত তকপদা — অঙ্গরাগ কেল্লবা

বুদ্ধি লৌশিংদি চথোনবা
অজবু হৌমিন্নরকপা
ব্লাহৈ খোনকম কজবা
বন্দিগী মচাশিংডুনা
লৈশি/লৈথোন ব্লাহৈনা
য়াকাইরজখি অয়ুক্তা ॥৬৫॥

হে শিংবদগী শিংলবা !
অহীংগী মতম হৌথরে
থাদোকপীরো কম্মুংদো
ব্রহ্মানা তাইবংপানববু
ভাব্রনবগী খোদাংদো
অনী থোক্লা খায়দোকখি
অপোকপদা এহাক্কী
চোকশিন্না পুরি অমরোম,
নওম্ন শরুক অমদি
পুগদবা নিপানি। ৬৬।।

নহাকপু য়াম্ন খোরাংনা
ঙাইজবী লক্ষ্মীনি অদুবু
নিদ্রাগী মখা পোনখ্রবা।
নহাক্লা থোওইবিদ্রবী
লক্ষ্মী মহাক অদুনা
মাঙ্গৈ নঙ্গী মায়থোঙ্গা
হায়দুনা মাগ লোয়ননা
খণ্ডিতা নায়িকাগুমলবী
অহীংদা শান্নজখিবা
থাজ অদুম্ন হৌজিক্তি
নোংচুপ মায়কৈ পাওখরে
লৈত্রে নমায়গুম কজবা ॥৬৭॥

মরম অদুনা ফজনা
পাংথোকপীরো ইবুঙো !
মুংদ লেংলবা নীংথিবা—
মীৎ নহানা ভিন্নবা—
মীৎ অদু মুংদা থোইমুনা
চক্ষখ্রবা থম্বাল মাল্লিবা ॥৬৮॥

অয়ুক'ওনবগী মুংশিৎনা
মহোশাগী ওইব নহাক্কী
স্বরগী মনম মুংশিববু
অতোপ্পগী মঙুণ তাংডুনা
মশাদা হাপচনিংডুনা
লৈখোক লোয়রব লৈরাংদা
হুমডুনা লিরি লিরিনা
মুমিৎকী মঙাল কংডুনা
নীংথিজনা শাৎলবা
থম্বাল লৈরাংদ য়েররি (হুন্নরি) ।৬৯।

মনুংদ তম্ভাং তম্ভাংবা
শেংদোক্লবা মণিমুক্তাগুম
থোইদোক হেন্দোকপ মগুর্ণবা
মোমোন তৌরিবা নহাকী
উনাথক্কুদি তারিবা
মক্তুবা লীক্ল ঈশিংবা
য়াগী মঙ্গান তারিবা
মীনোকুম্না নীংথিজরি ।৭০।

থোক্তিৈদা সুমিৎলা
য়াওহনথিবনি অমম্বা,
মাও থানবু চওলবদা—
মাওজোনবা অরুণবা
লানবকমশিংদা নহাক্লা
য়েক্লব হাৎপরা'পে'কপবা ।।৭১।।

নাক অনীদা য়াতাদুনা
শ্রেং শ্রেং লাউবা য়োৎহিলংবু
শামুশিংনা য়াহৌরে,
মখোয়গী ময়াশিংদুনা
য়েরুবনা হোগায়বা
ঈপ্পদা তুম্বিওংথিব্রবা
চিংলদুনা চৎলিবা
অপোম্ব লৈরাং মাল্লবা
সুমিৎকী অনৌবা মওাল্লা
চীংয়া তময়াগুম নিংথিরি ।।৭২।।

মীৎলা থম্বাল মাল্লবা!
পুল্লিব পারসী লৈবাক্কী—
লেক্তুনা চাগদবা সৈন্ধব—
অশাব স্বর অদুনা
শাংলব ফিগী মণ্ডপতা
শগোলনা মীকপ থোক্তুনা
লবণগী মচেৎ অদুবু
ঈমু ঈমু মুহল্লি ।।৭৩।।

লৈরাং নাচোম থিবিকস্থ
ঈরন ঈরন লল্লক্রে
মঙান য়াওরক্তে থাউমৈসু
এেখোয়গী য়াকায় ব্রাহৈবু
লৈন লৈমন চনথিবনা
ঈকোয় কোয়ন তারম্ব—
পোন্দ লৈবা তেনরানা
তমলদুনা লোল্লক্লি ।।৭৪।।

মতীক চাব ৱাহৈনা
ম্যাকাইরকপদা অজনা
ময়াই কানা মুংশিনা
ম্যাকায়রব সুপ্রতীক
গঙ্গাগী লৈঙোই শেক্লাবু

বন্দিগী মচাশিংদুনা
কম্বু থাখি থুদক্কা।
থোংলিব রাজহংসনা
হায়ন কৌব লাইশানা
থাদোকপগী মতৌগুম ॥৭৫॥

হোগংলব মতুংদা
নীংখিজরবা অজনা
হৈশিংলব কাওবুনা
ক্ষিজেং লৈতেংবিথরে,

মীংকি পানা মহাক্কী
অয়ুক্কী থোদাং লোইখরে।
স্বয়ম্বরগী চানবা
নিংথৌরক্কা চঙখরে।৭৬॥

## পঞ্চম সর্গ লোইরে

---

## ষষ্ঠঃ সর্গঃ

অজুনা মকম অদুদা
কাংথোকুক্তা লৈরিব—
ফিজোলদা পুক্কীং হুররা
মন্নাইবক কম্বু লোল্লিবা

রত্তিমা হান্নজবা য়াবিবা
অমুক হন্না পীথিবা—
নিংথৌশিংগী পুক্কীংদা

রাজকুমার অজনা
মক্ত অদুদা কাখৎখি
চীংগী রাংলবা চীংদোন্দা
থোঙনেৎনবগীদমক মুঙচেপ্তা

নাপু মানব অশংবা
রতন কয়ানা থাল্লিবা—
অজনা মতম অদুদা
মঙানগুম্বা নীংথিবা

মণ্ডপমুংদা কমলিবা
লক্ষ্মীমক্তনা চা-মথোক্লা
নোংথাংনদি তৌবগুম্না,
মঙাল অমনা লক্ষ্মীগী

নিংথৌ মপোৎ কোম্লবা
সিংহাসনদা ফমলিবা
বিমান তোংবা লাইশিংগী
নিংথৌশিংবু য়েংলম্মি ।।১।।

শিবনা মাগী মশকপু
কামগুমলবা অজবু উবদা
ইন্দুমতীগী আশা লৈথিদ্রে ।২।।

ভোজনিংথৌনা তাক্লবা
চোকশিল্লহসীড়িনা ।
নোংশা মচাশিং অদুনা
কাখৎখিবগী মতৌঙম ।।৩।।

কিন মথক্তা কুপ্লিবা—
সিংহাসনদা ফমথিবা
রাহোং তোংবা কার্ত্তিকেয়গী—
নঙান অমবু কংজখি ।।৪।।

নিংথৌ ময়াম অদুদা
থাইদোকখিবা নোংলক্তা
মতমদুদা তোপ্তোক্লা—
মশক্কু য়েংব ঙমখিদে ।।৫।।

কজ্জব সিংহাসন মথক্তা
শেৎলিব নিংথৌ খিবিকী
কল্পবৃক্ষগী মরক্তা

কমলিবা অহেলফিজোলবু
মরক্তা রঘু মপারী—
পারিজাতগুম নীংথিখি ।।৬।।

নিংথৌ কোন্দ লৈবশিংগী
ছন্দোক্লগা হাপখি অজদা
লৈশাৎ লৈতম্ব উপালবু
মচুম তারব অকনবা—

মমিৎনা নিংথৌশিং'দুবু
খোইমু মপৈ খিবিক্লা
ছন্দাক্লগা অঙাওবা
শামু লমশাদা তোংবগুম্ ।।৭।।

নিংথৌগী শাগৈ খঙলবা
চন্দ্র সূর্য্যবংশগী
অগুরুগী ধূপশিংদুনা
কোন্নুং নাক্তা লৈরিবা—
ব্রাহোং লাবা কাঙলুপ্না
জগোয়গী মরম ওইরিবা,
বাদ্যগীশিংগী মখোল্লা
মতম অদুমক্তদা
মপুরোইব খল্লগে
লুহোং ফিজোল শেত্তুনা
মীনপুব দোলাইদা—
পুমকোয় কোয়বা লম্বীদা

বন্দী কাঙবু খিবিক্লা
নিংথৌ মগুণ থারকপা
ফিরাল লান্না পাইরকপা
উপবন্দা তারিবা
শাগজবা অকনবা
মোইবুং মখোল য়াওরবা
মায়কৈগুনা শীল্লকপা
মথরায়না তাজবা
নীংলিবী ইন্দুমতীনা
মনাইশিংগ লোয়ননা
তোংলদুনা শগাইনা
চঙশিনথরে থীন্দনা ।।৮।৯।১০।।

নিংথৌশিংনা পুল্লপ্না
কন্যাগী মশক ওইরিবা
ইন্দুমতী অদুদা—

য়েংজনিঙাই ওইরিবা
বিধিগী থুংশেম অথোইবা
নিংথৌ অথোইবশিংদুনা

চওখি মথম্মোয়গী লোয়নবা, কম্নকমশিং অতুদা
মহকচাংদগী লোয়নবা লৈহৌই মথোয় ওম্লমক ।।১১।

মাগী মাগী পুয়ীংবু মঙোন্দা কোংদোকখয়িবা
নিংথৌশিংগী প্রেমদুগী— অহানব দূতী ওইয়িবা
শৃঙ্গারগী চেষ্টা খিবিক্লা— মথল শুনা থোক্লম্মী,
উপাঙ্গশিংগী অনৌবা— মনাগী নীংখিজবগুম্ ।।১২।

কনাগুম্বনিংথৌনা মথুৎনা মখোক পায়থবা
মেঙলবা মাগী মনানা থোইমুবুদি তাল্লিবা
মশাদা পকপা লৈরিক্লা নুংগী মকোয় থুংলিবা
লীলারবিন্দবু মথোয়গী তোয়ন তোয়ন লৈরম্মী ।।১৩।

ইন্দুমতীবু পামজবা কনাগুম্বা অমনা —
নোংজুমদগী তাথবা রতনথিল্লব তালগী
মতোন্দদি পক্লবা চুমথ্রিংনবা চোল্লিবা
লৈরাংগীদি পয়েংবু চিঙ্খৎলগা নীংথিনা
চেপয়ানব মায়থোংনা মকমচানা পুশিনখি ।।১৪।।

কনাগুম্ব অমনা নীংথিজব মীৎকম্বা
হাইর্কেৎ লৈন য়েংদুনা থোঙজানা কোন্তক কোন্তকপা
অদুগীম্ব মথক্তা থোইন মঙানতারিবা
মখোঙ্ অদুনা লৈরম্মী সনাগী খুদা অতুদা । ১৫।।

কনাগুম্ব অমনা তাংবল তত্থায় অমদা
ওইগী পাম্বোম থমদুনা অদুন মরম ওইদুনা

ওইগী লেংজুন্না রাংদুনা
কনাগুম্ব মরূপকা—

খোয়না খোঙ্গী খোঙদাম্ন
মাগী খুজিল মঙাম্না—
মখোঙনা নিংথৌ অমনা,
য়েংলগা কয়া ক্রজনা

মথুবাক্‌' থম্বালগুম নীংথিবা
মথুৎনা কনা অমনা
মঙাল তাব চৌবরবু

কনাগুম্ব অমনা—
লুহুপ্পুদা মশাগী—
তৌবগুম্ন মহাক্কী—
ছীরা মঙাল চঙলবা

নিংথৌশিং' পারী পুরিবু
রাঙাং হৈবী থোঙপুগী—
নাক্তা মগধ নিংথৌগী—
নিপা নহাগী মতৌগুম

মাঙদা লৈরিব নিপা'সে
চঙজফমদি ওইবনি,
মগধ হায়ব লৈবাক্তা

মরীক্তা নঙ্গন্দা তাদুনা
ম্রারী শাবদা পূকচক্থি ।।১৬।।

লৈপাক্‌থক্তা নেৎলিবা,
খোয়না শীম্ন তারিবা
খোয়ন থেক্ক মমীৎনা
তকথি সনা' খুদাদা ।।১৭।।

ধ্বজগী চিহ্ন পল্লবা
রত্ননা শাব খুদোপকি
হরাও হরাও লম্বৎখি ।১৮।

মকমথানদি লৈরিবা
হীরুবা হাইরবা লুহুপ্তা
মচা মচাগী মরক্তা
মথুৎ অদুনা মারম্মী ।।১৯।।

মথঙশিৎনা তাথ্রবী—
সুনন্দানা মচীনউৈ—
ইন্দুমতীবু পুরগা
রাহৈ থর হাকরম্মী ।।২০।।

চঙজফম থিরিব থিবিক্কী—
মহোশানা লেমজবা
মতীক মঙাল তারিবা

প্রজা পেলহনব হৈরবা
মরম'সিনা পরন্তপ
মাগী মীথৈ রাহৈনা
য়েক্রুকল্লক মাঙহনবনি।
হায়ন মীথৈনবনি
অর্থ লৈতব নত্তবনি ।।২১।।

অতৈ নিংথৌ লিশিং লিশিং
মালেম পৃথ্বী'সে অসিনা
নক্ষত্র তারা গ্রহনা
মশেক মঙাল পুবদি
লৈসনু কাম্নদে অদুনা
নিংথৌ পাল্লি হায়বনি।
তিল্লবস্থু অহীংনা
থাজমক্তা ওইবনি ।।২২।।

নিংথৌ অসিগী তত্তবা—
ইন্দ্রগী তালোয় শচীনা
তারকপ শম্লাংশিংদুদা
যজ্ঞনা কৌথি ইন্দ্রবু,
তাইকেৎ তাইব চায়রুংদা
মন্দার লৈরাং থেৎখিদে ।২৩।।

অথোয়ব মহাক অসিগা
চঙশিনখিব মতম'দুদা
সঙ্গায়গী মীহুৎথোংদুদা
মমীৎশিংন পেঞ্জদি—
লুহোংনিংলবদি নঙনা
পাটলিপুত্র কোম্নুংদা
লৈরিবী মুক্তাশিংদুগী
য়েংজনিঙভাই ওইরকনি ॥২৪॥

সুনন্দানা তাক্লবা
তিংথৌন মরক্ত হৎলবা
মধুক লৈরাং পরেংবু
ইন্দুমতীনা মঙোন্দা
করি থোইদোকপা ঙাঙ্‌লমদে
পরন্তপবু উৎরগা
পঙচোল চোনবস্থু নত্তবা
মঙক্তা কজনা শিরিবী
বরিগে আশা লৈতনা
থুরুমজবদগী হেনখিদে ।।২৫।।

সুনন্দানা মতুঙদা
অতোপ্প নিংথৌ অমগী
রাজকুমারী অদুবু
মনাক তাম্না পুখিরম্মী।

পুংশিংখায়রুম ফংবদগী—
মানস সরোবরদা
অতোপ্প থব্বাল অমগী
পোকপা ঈথক্কী পায়েংনা
তারিব কাওঙ অমোম্বু—
মনাক তাগ্ন পুবগুম্না ॥২৬॥

সুনন্দানা মঙোন্দা হায়রম্মী
মাগী যৌবন সম্পত্তি
গজশাস্ত্রবু লেংলবা—
মাগী শামু ল.কখিবা
মসি অঙ্গদেশগী নিংথৌনি,
সুরাঙ্গনাসু পাম্মিবা—
পালকাব্যনচিংব ঋষিনা
লৈখাদা স্বর্গসুখ ফংলিবা ॥২৭॥

য়েরুবগী সুপী খিবিক্কী—
মুক্তাফলগুম চাউরবা—
অঙ্গনিংথৌ অসিনা
লং য়াওদনা লীকলুবু
থরক্কীদি মথক্তা—
পিরীকপু চাইথহল্লিবা—
মঙক্তগী হুক্তোক্লগা
পীখিবগী মতানি ॥২৮॥

মহৌশানা মহৈ মহৈ
লক্ষ্মী সরস্বতী অনীমক
নঙী অঙ্গ কান্তিনা
অহুম শুবী অমদি
তোপ্পা তোপ্পা লৈনবী
মসিদা লৈরি পুল্লপ্পা—।
অচুম্ব ফজ ব্রাহৈমা
নডতনা মতীক চাবীনি ॥২৯॥

কুমারী ইন্দুমতীনা
লৈথোক্তুনা সুনন্দাদা
নুপীনা পামদবসু নত্তে
ইন্দুমতী কৌবীসু
তোপ্প তোপ্প পাম্মবা
অঙ্গরাজদগী মমীৎপু
চৎলো, চৎলো হায়রম্মী,
অঙ্গদেশ নিংথৌদো—
য়েংবহৈতবী নৎলমদে,
তাইবংপানগী হৌনবনি ॥৩০॥

সুনন্দানা মতুঙদা
মশক মতৌ নীংথিবা
অতোপ্প নিংথৌ অমবু
য়েক্লবনা থাঙবদা রারবা
নৌনা থোক্লকপা থাগুম্বা
ইন্দুমতীদা উহনখি ।।৩১।।

মপান্থোম শাংবা থাফনবা,
মাঙদা লৈরিব নিপাসে
চক্র মানবা খুৎলাই কোংনবা
হাপ্পুনা চোকশিন্না মোনথ্রবা
মপুম মরা মান্নবা মথ্রাঙচেংবা
অবন্তি দেশগী নিংথৌনি ।
যন্ত্রদা বিশ্বকর্ম্মানা
নুমিৎকুম্না ফজরি ॥৩২॥

শক্তি অহুম্নতিন্নব—
শগোলনা হোৎল্লকখিবা
সামন্তরাজশিংগী মুকুটকী—
অবন্তিনাথগী লানফমদা
উফুলগী মপৈ থিবিক্লা—
মশেক মঙালবু মাঙহল্লি ॥৩৩॥

উজ্জয়িনীদা লৈরিবা—
শীন্দুং অহীংমক্তদসু
নীমাং-অহীংগী নুঙঙাইবা
শিবগী নাক্তা কমদুনা
প্রিয়াশিংগা লোয়নননা
ফংলিব অবন্তিনাথনি

কৈরুনা রত্নাঙমজবী—
ইঙ্খৎলকপনিংথৌ অসিগা
নুশিৎনা নীক্লবা উদ্যানদা -
নিংথৌ'মজা ইবেম্মা !
শিপ্রা তুরেলগী ঈথকি
শাম্নবদু পাম্বরা ? ॥৩৫॥

থোইন হেন্নথোৎচবী—
মরূপ থম্মালবু শাৎহনবা
অবন্তিনাথবু মপূক্লা—
পামজদবগুম নুমিৎপু
ইন্দুমতী কোবীনা
য়েক্ল লৈথোম্মু কংহনবা
থরো হায়বী লৈরাংনা
করিস্তু পাম্ব তৌথিদে ॥৩৬॥

থম্মালম্মুংগী মঙালগুম
অহেনবগুণনা তিল্লিবী
বিথিগী খুংশেম অথোয়বী—
নিংথৌগী মাঙদা থমদুনা
নীংথিব মঙাল পুন্নিবী—
য়াতা য়েংলে নীংথিবী
মাবু অনূপ লৈপাক্নী—
সুনন্দানা হায়রম্মী ॥৩৭॥

শাকম লানকয়দ মপাম্বোম
দ্বীপ তরানিপাল্দা—
নিংথৌশিংদগী অহেনবা
লীশিং অমা পাল্লিবা—
জয়স্তম্ভ য়্যংলিবা
যোগী কার্ত্তবীর্য্য লৈরম্মী ॥৩৮॥

অকবজমচৎপু তাকপীবা
ক্ষত্তরাথলগী পূংকমগা
মাঙদা চোংথোক্লক্কুনা
অপরাধ খিবিকপু
কার্ত্তবীর্য্য নিংথৌনা
তিন্নুনা লীরুং পায়দুনা
প্রজাশিংগী থম্মোয়গী
থিংলম্বনি ইবেম্মা ॥৩৯॥

লীরিনা মপাম্বোম পুনখিবা,
মাগী মগায় তরামক
ইন্দ্রজম্বা রাবণনা
মাগী থৌজাল কংদ্রিক্কাও
অজুন! লেঙব য়াত্রবা,
স্বর ফুইনা হোল্লবা
মাগী কারাগৃহদা
মতমকক্কুনা লৈরম্মী ৪০॥

অহল্লম্মলবু অমদি
প্রতীপ হায়নদি কাওরবা,
পোকপা নিংথৌ অদুনি,
মীগী দোষদগী পোকখিবা
হায়বা ক্রতুমীংচৎপু
শাস্ত্রবু সেবা তৌজবা
কার্ত্তবীর্য্যগী বংশদা
মসিনা লক্ষ্মীদেবীগী
মহৌশানা থোঙয়াংবীনি
কোকহল্লম্বনি মহাকথক্কু ॥৪১॥

ক্ষত্রিয় শাগৈবু তুক্কানবা
মানা মৈগী মতেংনা
পরশুরামগী নীংজং ময়াবু
থম্বাল মনাগুম থনখিবনি ॥৪২॥

মাহিষ্মতীনগরীগী—
ঈশিং ঈচেলনা নীংখিবী
মীকুৎথোংদা য়েংবদু
পাম্বোম শাংলব অসিগী
চোকপললী দুগী-মেখলা
নর্ম্মদা কৌবী তুরেলবু
পায়বদি নহাক্কা —
তম্পাক্কী লক্ষ্মী ওইয়ুদা ॥৪৩॥

থোয়দোক হেন্দোক্কা নীংথিবা
শরৎঋতু লাকপনা—
পূর্ণিমাগী থাজবু
ইন্দুমতী কৌবীনা
ওইদুনম্থ মহাকপূ
নোংনা কুপ্প তৌদ্রবা
থম্বালনা পামজদবগুম
পামজথিরমদে করিসু ॥৪৪॥

লাইরৈবাকমক্তুস্থ মাগী
মাগী অশেংব লমচৎনা
থাওমৈ ওইনা তাক্লিবা
মরমদা লৈমকোন শেনবীনা
মতীক মগুণ শরুরিবা
মাতৃপিতৃবংশবু
শূরসেন নিংথৌ সুষেণগী
হায়রম্মী ইন্দুমতীদা ॥৪৫॥

শাস্ত্রগী রায়েল কায়দনা
নীপ বংশদা পোক্লবা,
মহৈ মহৈ পম্নখিদে,
লৈরগা জীব খিবিক্লা—
যজ্ঞ তৌখিবনিংখৌনি
গুণশিংনা মতোন্দা লৈরগা
অতপ্প ঋষিগী আশ্রমদা
য়েংথি পূকচেল থাবগুম্ ॥৪৬॥

থাগী কান্তিগুম মীৎ পেনবা
তাথি মাগী ময়ুমক্তুদা,
সুষেণগী কান্তি নীংথিবা
থাগুগুমদব প্রতাপনা

ঈনাক খুনথশি'গী য়ুম্ য়াদা নাপীনা থল্লা হৌরিবা
য়েক্লবশিংগী কোন্নুংদা — চণ্ডশিনথিরম্বী শন্দনা ॥৪৭॥

জলকেলিগী মতমদা সুষেণ নিংথৌ মহাক্কী—
লৈমশিংগী থরক্লা তৈব চন্দন থিবিকপু
চামথোকথিব মরম্না মথুরাদা লৈব যমুনানা
গঙ্গাগী ঈথক্লা তিম্নবগুম কয়ামরুম নীংথিরি ॥৪৮॥

গরুড়বু কিদুনা যমুনাদা লৈরিবা
কালিয় কৌব নাগনা পীথিব, থবাকথুংনদি
মঙাল তাবা মণিবু শিরিব সুষেণ মহাক্না—
কৌস্তুভ থোল্লিব থিষ্ণুবু ঈকায়থলথিব মতানি ॥৪৯॥

মথোং কারকপা সুষেণবু নপুরোইবনি য়ারগা
থক্লা অথোম্প উনানা থারবা পুষ্পশয্যানা
তিল্লবা, কুবেরগী উদ্যানদৈ- র'ত্রবা বৃন্দাবন কৌরব
মফমদা মথোঙ কারকপা মতমসিদদি লোনবিয়ু ॥৫০॥

ঈপাম্ব'গী মতমদা গোবর্দ্ধনগী লোক্লংদা
ঈশিংগী মরীক্লা থিক্লবা শৈলেয় মনম নম্লবা
সুংপাক থক্লা কমদুনা রাহোং জগোয় য়েংজহৌ ॥৫১॥

মথোয়দো মতা য়েংবদা ঈশিং ঈরৈগুম নীংথিবী—
অতোপ্পা নিপা অমগী তালোয় ওইগদবী মহাক্না—

নিংথৌদুবু লাম্বোকথি সাগর তমলিবী তুরেননা
লমখাওদা থেংনবা চীওবু লাম্বোক্তুনা চৎথিবগুম ॥৫২॥

মনাইনুপী সুনন্দানা মপাম্বোমদি তালশিবা—
য়েরু কল্লক মাঙহনবা হেমাঙ্গদ কৌরবা
কলিঙ্গ নিংথৌ মনাক্তা নকশিনথবী পূর্ণিমাগী
থাজমানবী মায়থোংনা ইন্দুমতীদা হায়রম্মী ॥৫৩॥

হেমাঙ্গদ নিংথৌসে মহেন্দ্রাদ্রিগুম কনবনি
মহেন্দ্র সমুদ্রগী মপূনি মাগী যাত্রাগা মতমদা—
মচুমতাব শামু শানা মাঙদা চৎলি মহেন্দ্রাদ্রি ॥৫৪॥

লীরুং পায়বশিংগী লুচিংবা পাম্বোম্বা মাগী নীংথিবা
মসিনা বন্দী থমথবী য়েরুব রাজ লক্ষ্মীগী—
কজ্জল য়াল্লবা পিরাংগী ময়িগুম্বা লৈরিবী
লীরি চিংবদা তংবগী ময়ি পাম্বোমদা পুক্তরি ॥৫৫॥

মাগী ঈথকপু থোঙনাওদা য়েংবদা উবা সমুদ্রনা
ময়ুমদা তুম্লিবা মহাকপু মনাক্তা লৈরে হায়রগা
মখোঙ্গা য়ুথক পুংয়ৈবু থাদুনা সমুদ্রনা হৌদোক্লি— ॥৫৬॥

তালীবরনা কর্ কর্— হায়না মখোন থোক্লিবা
মপান্দুদা সমুদ্রগী অতোপ অতোপ্প দ্বীপতগী
লবঙ্গ পুষ্পবু পুরকপা মুংশিৎণা হুমাং ঈরীকপু
কোক্লদুনা মহৎকা শাম্নজহৌ নহাক্লা ॥৫৭॥

মশক্না পূক্নীং ছুরবী বিদর্ভরাজগী মচনমুপী—
ইন্দুমতীদু অমুম্মা সুনন্দানা ইনশিনবদমু
অরাপ্পদগী নীতিনা পুরকপী লক্মীনা নোংদম থীরবা
নিপাদগী হন্দোকপগুম হেমাঙ্গদদগী হন্দোকখি ॥৫৮॥

সুনন্দানা থোক্নপুরী শকক্মনা লাইমুক ফজবা
নিংথৌবু নাগপূরগী থেংনরগা ইন্দুমতীদানি
অসোমদা য়েঙু ইবেম্মা ! রাহৈ অশি হায়রম্মী ॥৫৯॥

লেংজুমদ তাবা অচোনবা— লীক্লাংবুদি শিরিবা
হরিচন্দননা মশাদা— অঙ্গরাগদি ওইরিবা
পাণ্ডু দেশগী নিংথৌসে অনৌব মুংশান ভাংলবা
চীং ভম্পাক্ন তিল্লবা ঈচেল্লিব চীং নিংথৌগুম ফজরি ॥৬০॥

বিন্ধ্য চীংজাওবু খিংলিবা সমুদ্র শঙ্কগা ওথোকপা
অগস্ত্যমুনি কৌবনা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞগী
অবভৃথ স্নানগী মতমদা মাবু মুংশিব মরম্মা
স্নান কজনা লোইরেকো হায়ডুনদি হখিবা ।৬১॥

মমাঙৈদা জনস্থানগী অমাঙব থোকত্রা চিংনবা
নাপল্লব লঙ্কা নিংথৌনা, ফওঃমত্রব ব্রহ্ম শির—
কৌব খুৎলাইবু শিবদগী মুংলব নিংথৌ অসিগা
সন্ধি তৌরগা ইন্দ্রলোক জয় তৌগে চংলম্মী ॥৬২॥

অচৌবকুলদা পোল্লব পাণ্ডু লৈপক্কী মিংথৌদা
শাস্ত্রগী বিধি কাল্লদনা মঙ্গী নথুং পায়দুবদা
অচৌবপৃথিবী' মতৌগুম রত্ননা থল্লবা সমুদ্রনা
মেখলা ওইদবী থাথংবী মায়কৈগী লোল্লবী ওইয়ুকো ॥৬৩॥

* তাম্বুলবল্লীন য়েৎলব— কাপাম্বীন ফিল্লবা
† এলা লতান কোল্লবা মলযজ চন্দন হৌরিবা
তমাল পত্র থাল্লবা মকুয়স্থলী অদুদা
তত্তনা শাল্লনবগী কাযদবা পৃকচেল চেনবিয়ু ॥৬৪॥

ইন্দীবরগী কুচুনি নিংথৌ অসিদি নহারা—
গোরোচনাগুম্ব কুচুনি, নখোয় অনীন থেংনব
নোং নোংথাংগী মতৌগুম্না— কজহন্নরসন্নু ।৬৫।

ভোজনিংথৌ'গী চনমুপী ইন্দুমতীগী থম্মোইদা—
সুনন্দাগী পাউতাক খিংক্লা নুমিৎ মঙান কংব্রদুনা
উনশিনথুবা থম্বালদা থাবলগুম চঙবা গুণহিদে ॥৬৬।

অহীং তাংলৌ'থেংবদা থাউমৈ মৈরী মতোল্লা—
কোয়ন কোয়ন চৎলিবীগুম্বী— ইন্দুমতী কোবীনা
হুন্দোক্লম্বা নিংথৌ পুম্নমক— নিংথৌ সডক'চৌবদা
লৈবা লাম্মী শঙুম্বা মচু মমেজ মকশিনখি ।৬৭।

* তাম্বুল বল্লী = পানমনা।
† এলা লতা = এলাইচি মপাল্।

চঙশিল্লক্রবদা ইন্দুমতীনা রঘুগী মচা অজনা
থরিগদ্রা ৎরিরোইদ্রা হায়বগীদমক চিংনখি।
মতুঙদা মাগী য়েথংবা— পাম্বোম—তাম্লিকম্ চোংদুনা
মাগী চিংনবা অদুবু ঈয়ায় লাইনা কোকহনখি ।।৬৮।।

থম্দোক্লিঙাই লৈতনা মশা পুম্নমক শীংথিবা—
অজবু কংজরবদা ইন্দুমতী হায়বীনা
অতোপ্প নিংথৌদা চঙখিদ্রে অশাংপ হৈনৌ কংলগা
খোইমুনা অতোপ্প উপালবু পাখ হোনদে কদৌঙৈ ।।৬৯।।

অজদা মপূক তারবী— ইন্দুমতীবু উরগা
অহান অকোন ব্রাহৈগী— খঙলবী সুনন্দা অহনা
মথাগী ব্রাহৈ খৈবিক'সি শন্দোক্লা হায়ব হৌরকখি ।।৭০।।

ইক্ষ্বাকু শাগৈদ পোকপনি, মতীক মগুণদা ফাওবনি,
নিংথৌরক্তগী অথোয়বনি, ককুৎস্থগী মতুঙদা—
পূক্লীং চাউরব উত্তর— কোশলগী নিংথৌ খিবিক্লা
লেমজনিঙাই ওইরবা— "কাকুৎস্থ" মীংথোলবু লৌজরি।৭১।

ককুৎস্থ নিংথৌ মহাক্লা— কাউজাওগী মশক লৌখিবা—
ইন্দ্রগী মথক্তা তোংদুনা লান্দা শিবগী লীলা তৌদুনা
তেন্না অসুরাঙ্গনাবু— খজাই লৈতেংহল্লমদে ।।৭২।।

ঐরাবতবু নানবদা হিক্লবা তালবু ইন্দ্রগী
ককুৎস্থনা মশাগী— তাল'দুনা তক্লনা—
মশাগী ওইবা অথোইবা— মূর্ত্তিবু লৌরিব ইন্দ্রগী
আসনগী ভথাইমক্তসু কমজখিরম্নবনি ।।৭৩।।

* ককুৎস্থগী বংশদা
দিলীপ নিংথৌ পোক্লম্মে'
অশ্বমেধ যজ্ঞবু
অমখক্তং ৱাৎহনখি,—

বংশগী থাউমৈ ওইরিবা
মহাক্লা ইন্দ্রগী পেন্নবা
চামরক শুন তৌরমদে
অচৌবমীংচৎ কংলম্মী ৭৪।

মহাক্ল লৈপাক লাক্লিঙৈ—
লাকপদা লম্বী তেখায়বু
চয়ৈ খিবিকপু মুংশিৎনা
মথুৎপুতিংথোক্লকনি

ক্রীড়া ভূমি য়ৌনবা
য়ৌরবী * মত্তাঙ্গনাগী
হুম্বয়ৌনা হুম্লমদবদা
কনানা মফি চিংনবা ।৭৫।।

দিলীপকী মচা রঘুনা
যাগবু তৌদুনা মপাগী
মায়কৈ মরিদগী খোমলুবা
সম্পত্তিগী মতুংদা

বিশ্বজিৎ কৌবা অচৌবা
খুবম ঙাকখি কজনা।
নাংথিন মপূং কারবা
লৈপাক্কী প ত্রদং ময়েমখি ॥৭৬।

চীংথক্তস্থ কাখিবা
পাতালদস্থ চংখ্রবা
মতম থিবিক্ত ভত্তবা

সমুদ্রদা কুমখিবা
স্বর্গদস্থ শীনখ্রবা
মহাক্কীদি মিংচৎনি । ৭৭

---

* মমাঙৈওদা পুরঞ্জয় কৌবা বিষ্ণুগী অংশাবতার ওইবা নিংথৌ অমখক, লাইশিংগা মতম করদুনা লাই হি চাবগী লানফমদা লাইগী মী ওইনা অচৌব কাওগী মশক শৌরিবা ইন্দ্রগী ককুৎ (কক্ষ)দা তোঙবী অদুদগী হোদুনা মাবু ককুৎস্থ কৌখি।

* মত্তাঙ্গনা = মদ্যপান্নচিংবন ঙাওরবী নুপী।

অজকৌবা কুমারসি রঘু মানা পোকপনি ;
জয়ন্ত কৌবা মচাগুম ইন্দ্রনদি পোল্লবা ।
তাকপি শীকপিগদবা মতমগী অঙাং অসিনা
পোৎলুম পুরবা মপাগুম পৃথিবীগী কোকখোং পুরিদো ।।৭৮।।

শাগৈদা মশক্তা মতাঙদা চহীগী
মহৈদা মশিংদা — রাঙাংদা থোনফমদা
নোল্লুকপদা মঙাইবা মগুণনা নংগুম্বা
নশাগী চানবা অজদা বরিয়ু, শনাগা রতনগা তিন্নসনু ।৭৯।।

সুনন্দান ঙাংব লোইবদা ভোজনিংথৌ মযোয়োয়
ইন্দুমতী কৌবীনা — ঈকায়ব খরদং লান্দুনা
পুন্নীং নুঙঙাইবগী হৌনবা তরু তরুবা মীৎয়েংনা
স্বয়ম্বরগী লৈরাং পয়েংগুম্বা অজবু মবুঙঙানি য়াজখ্রে ।।৮০।।

কুমারী ইন্দুমতীনা পাথং অজগী মফমদা—
লমচৎ নাইবী ওইবনা অপাম রাখল কোংদোক্লে,
অদুমকপু তুজুং মাঙ্গুং, শাঙ্গুনা থোকখি মশাদগী ।।৮১।।

ইন্দুমতীগী অবস্থা — অদুয়েংথ্রবদা সুনন্দা —
সখীনা অমুক অমদা চৎলসিয়া হংলম্মী,
ইন্দুমতীনা মঙোন্দা — লাওনা খানা য়েংলম্মী ।।৮২।।

ফৈবোম্বা পুষ্পুম তারিবী — কুমারী ইন্দুমতীনা
মঙ্গলচূর্ণনা ঙোরবা লৈরাংগী পয়েং অদুবু

মূর্তিপানব অমুরাগগুম্বা, সুনন্দাগী মথুৎ অনীনা
অঙ্গী মঙকম্মতুদা মক্কম চানা হুকচিনখি ॥৮৩॥

অথোয়ব অজ মহাত্মা পাত্নব থবাক্তা চোম্নবা
মঙ্গলগী লৈরাং পরেংনা বিদর্ভরাজকন্যানা
মপাম্বোম অমীন কোনবগুম থনখিরম্মী মতমদু ॥৮৪॥

স্বয়ম্বর অত্তুদা মগুণ মগুণ মান্নবা
ইন্দুমতী অজ অনিমক থেংনখিব অত্তুনা
পেল্লব মীশক খিবিল্লা, নোং চেল্লবা থাজদা
থল্লো লৈরাংনা তৌবগুম মপা চ'নবা সমুদ্রদা—
গঙ্গানদীনা তৌবগুম অজদা ইন্দুমতীনা
চণ্ডজথরে হায়নখি— তানিঙলমদে নিংথৌশিংন ॥৮৫

অমরোমদনা হল্লাওখি— অমরোমদনা রুনখি—
অয়ুক্তা থম্বাল শাৎলবা— থরোশিংনা উমশিনবা
পুম্রীগা পাঙথক শইরম্বী নিংথৌশিংগী সভাদো ॥৮৬॥

ষষ্ঠ সর্গ লোইরে ॥